MY LAST ATTEMPT TO —

THE

# MAIN STREAM
OF
# Manipur Politics



**MANIPUR ADMINISTRATION**

*(A Parliamentary, democratic and Presidential Form of Government.)*


By :—

*Shri Narendra Singh (Thia)*

EX-MUNICIPAL COMMISIONER.

Uripok, Imphal.

LAST ATTEMPT TO —

# THE
# MAIN STREAM
# OF
# Manipur Politics

**MANIPUR ADMINISTRATION**

*Parliamentary, democratic and Presidential Form of Government.)*


By :—

*Shri Narendra Singh (Thia)*

**EX-MUNICIPAL COMMISIONER.**

**Uripok, Imphal.**

নম্ফম :- মহাভারত প্রেস
উরিপোক, রাজবাবুথোং লৈরক, ইম্ফাল।

ফোংবা :- অহুৈবা




মশীং :- অকক্নবা মশীং খরনি।

ওবপোক ১৯৮১

মমল :- লুপা ১০ দনি।

ফংফম :- অইবগী য়ুমদা।

**An appeal to you all,**
**Please excuse me.**
**Dear friends,**

Our India has achieved her Independence since the 15th August 1947. She has now become a republic. But her constitution is not free from the British rules amended here and there to suit us.

India is a big country having different languages, different castes, different religions, and also decorated with numerous experts of any line. As a result of differences, their meetings become an ambiguous or led the governments and people in an uncontrollable position. The innocent people are facing several difficulties and have delericted their duty

We are all drawn in politics by the blow of the politicians. A climax of undiscipline has reached and polluted the bright politics of themselves.

How have they been ?

It is nothing but imperfect calibre or unreliance to leader or wants of leaderships or lack of knowledge of the public services or strong desire of any kind or so. There will be no political peace until and unless a step is considered by all parties. We have to divert form the struggle of entwinning power politics.

Once we all believed that peace and prosperity depend on leadership. We understood during the last some years that, crimes could not be faced properly. The government exercised overpower for the maintenance of law and order. Thus we re-called the British rules.

Now, we require a good book which could enlighten the whole of Indian population, and Indianise in no time. Still none of us is trying to place a book before the government and people for their consideration, so as to conserve our traditions. It is our duty to give suggestion politely to the government.

I think that even though the book is little all soluble means will be available by the readers.

Lastly. I place to you all this draft synthetic formula for your kind consideration. This formula is quite Parliamentary, democratic and Presidential form of government.

For an example :— Manipur had 448 representatives. Then, what number would repesent for the whole of India now ? So it is a government of the people for the people and by the people.

With these words I thank you all.

*Author* —

# রাৈহ অমত্তং

লাইবিক অসি শোক ১৯৭২ দা ইবনি। ঙসি ফ'ওবা ফোংবা ঙমদনা লৈরে। শ্রীযুক্ত মোইরাংথেম ভুবনেশ্বর সিংহ, শ্রীযুক্ত লোংজম রঘুমনি সিংহ ভদ্রলোক অনিনা কেংবাংবিদুনা লাইরিক অসি ফোংবা ঙমজরে। পুকচেল চউবা ভদ্রলোক অনিগী মকমদা রাহৈনা ফোংদোকপা ঙমদ্রবা অপেনবা ফোং-দোকচরি অমসুং হন্দক মপোক্কী লম্মন তোপ্লে। থোইদোক্লা মহাভারতকী প্রেসনা অর্রা অনা থিবিদনা অকরুবা মতম অমদা লাইরিক অসি পুথোকপীবগীসু প্রেসকী ইচিন-ইনাওশিংদা অপেনবা ফোংদোকচরি।

ঐখোয় পুম্নমক্কী পোক্নফম মনিপুরদা লৈবা অকল লম্মন, ইচিন-ইনাও পুম্নমক্তা লাইগুরুশিংনা থম্বীরম্ব মনিপুর লৈঙাক্লোন অসি মীপুম খুদিংদা শরুক তমজনিংই। লৈঙাক্লোন অসিগী শক্তি অমদি আদর্শ অসিমক্তা পৃথিবীদা তোপ তোপ্পা মনিপুর লৈবাক লনগৈ চোম্না ঙাম্লম্মী। অশা তৌবা ইচিন ইনাওশিংগী তুংগী থোইদোকপা পান্থে অমত্তংদা ওইরবসু নক্লগা করিগুম্বা

মরীক অমত্তুং থগ্মোইদা চুপশিনবিবা ওয়বদি হোৎনজমনগী অবা পোথাজবা ওইনি। ঐনা পাংজদবনা মরম ওইহুনা লাইরিক অসিগী মরমদা থোইনা হায়নিংঙাই লৈজদে. হায়কমন্থু থোক্কে লাইরিকী গুণ লেপকদবদি সরকার অমদি প্রজানি।

প্রসিদেন্সিয়েল ফোর্ম ওব গোভর্ণমেন্ট করিনো,
কদাইবু কৌই ?

লাইবিক অসিনা রাহং অসিগী পাউখুম্নি। রাহে কনবগী-দমক পুকচেল চাউবশিংনা ঙাকপীয়ু।

অইবা—

# মণিপুর লৈঙাক্লোন


| ছীরুম | | | লমাই |
| --- | --- | --- | --- |
| ১ বা | শকক | থিজিনবগী কান্নবা<br>লৈবাক অমস্থং অরৈবা জাতি | ১—১৪ |
| ২শুবা | ” | লৈঙাক্লোনগী অশম্বা বারী | ১৫—২২ |
| ৩শুবা | ” | অহোংবগী কান্নবা,<br>লৈবাক বায়েনগী মওং মতৌ | ২২—৪৮ |
| ৪শুবা | ” | লৈবাক শেম্বগী মওং মতৌ,<br>অপুনবা সভানা লৈবাক্কী মপুনি,<br>নিংথৌ পোংব ১০, শরোই ৬১ | ৪৯—৫৬ |
| ৫শুবা | ” | নিংথৌ পোংবা ১০,<br>লেঙত্রবা সমিতি | ৫৬—৬৪ |
| ৬শুবা | ” | প্রজানা সাসন তৌবা লৈবাক,<br>আইন চৎনহনবদি নিংথৌ-মন্ত্রিনি | ৬৪—৬৬ |

| হীরম | | | লমাই |
|---|---|---|---|
| ৭শুবা | „ | কেন্দ্রদা মন্ত্রি মণ্ডল | ৬৭—৮৫ |
| ৮শুবা | „ | রায়েনশঙ, বিচারপতি, অতৈ লোয়শঙ,<br>মুপাগী লোয়শঙ, চৌকিদার | ৮৬—৯২ |
| ৯শুবা | „ | সাসন তৌবা লমথৈ,<br>মখোয়গী রায়েন স সন,<br>নেসনেল এরিয়া, ওটোনোমস রিজিওন,<br>দেরাল, লাকপা | ৯৩—৯৯ |
| ১০শুবা | „ | দেশকী পুন্জিদা লুচিংব,<br>কেন্দ্রদা মীয়াম্না সাসন তৌবা,<br>রাজনীতি দল, লৈঙাক্লোনগী কল | ১০০—১০৯ |
| ১১শুবা | „ | বিচার অমা; পুরাণ মৈ থাবা,<br>মৈ থাবদি সন্ধি পত্রনি,<br>মৈ থাবগী হৌরককম,<br>গরীবনীরাজ মনীং তৌবা নিংথৌনি,<br>থাংদা লৌবা লম থাংদা তুম্না চৎখি ।<br>মৈতৈ জাতি, রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্র । | ১০৯—১২০ |

# মণিপুর লৈঙাক্লোন

অহান্বা শরুক

## খিজিনবগী কান্নবা —
## লৈবাক অমসুং অবৈবা জাতি

মণিপুর লৈবাক অসিদা লৈবা মীশিংদি বেদ চক্রিরিউ লৈত্রি-
উইদগী বৌনা লৈরক্লবা য়াম্না লিয়বা জাতি অমনি। মখোয়গী
হৌকম লৈকমবু কুকম চাং হায়না কৌই। মখোয়গী মরোলদি
ঋগ্-বেদদা ইরিবা লোল অসিনি। মখোয়গী ধর্ম্মদি মৈ লাৎপা,
মৈবু পূজা তৌবনি। মখোয়না মৈ লাৎকম, য়োকফমবু কুঙ্গা
হায়না কৌই।

জাতি অসিগী য়েক বলাইগী য়ারোনা বেদগী হৌকম য়ুম্ফম্নি।
জাতি অসি অহাবদা কৃষ্ণ যজুর্ব্বেদ চৎলম্মী। কৃষ্ণ যজুর্ব্বেদনা
মন্ত্রনা তন্ত্রনা ঈশ্বরবু নিংই। মহুংগী ভাবতি ঈশ্বরগী মূর্ত্তি
মওং মতৌ খংদহনা মন্ত্র যব তৌই হায়বনি। শুক্ল যজুর্ব্বেদনা
ঈশ্বরগী মশক মওং খংলদ্রনা মাগী দর্শন সাগ্রবু নৈনৈ। কৃষ্ণ

যজুর্ব্বেদ চৎলবা মতমদা মৈতৈ হায়না খংনখি। মখোয়না গবা ময়ন্ সত্র কৌবা যজ্ঞ তৌরম্মী। মখোয়না ঈশ্বরবু পেন্নবা শা য়য়চিংবা ইন্নাৎলম্মী।

জাতি অসিনা মুমিৎকী মণ্ডালবু গো কৌই। মী অয়াম্বনা গো-গী অর্থ যণ কায়না খংনৈ। অসিগুম্বা চাওখৎলবা মৈতৈগী য়েক যলাইগী য়ারৌনা বেদ শেমখি। মৈতৈগী সভ্যতা কয়া কুইরবগে হায়বা অদুদি বেদ-না হায়বা মৈ লাৎপা, মৈ পূজা তৌবা অসিনা অস্থুম খংনৈ।

মৈতৈ জাতিনা মৈ ইড়াৎপদা মুমিৎপু গুরু হায়না কৌই। মখোয়না মৈথু চেন্দবা মৈদা মুমিৎকী মতুং শিন্না ইড়াৎলি। মৈতৈ জাতিনা লাই পুম্নমক্কী ফুঙ্গানা মরুপ্ত হায়দুনা ফুঙ্গা-লাইরু কৌই।

মৈতৈগী শিদবুশিংনা (পণ্ডিত) গবা ময়ন্ কৌবা সংবৎসর যাগ তৌরম্মী। মখোয়না মুংশাগী মৈশা লাংববু যণ মচি কৌবা থা কৌই। অমুক লুবা বেদগী লোয়া ময়োন ওইবা মৈতৈ জাতি অসি য়াম্না লিববা জাতি অমনি কায়বা কৃষ্ণ যজুর্ব্বেদ চৎলশ্বদগী খ্বাইনা খংবা ঙম্মী।

মৈতৈনা মুমিৎকী মণ্ডানবু কৃষ্ণ কৌই। মুমিৎকী মণ্ডান লৈফমবু গোলোক কৌই। মৈতৈ জাতিনা জাতি পুম্নমক্কী

ইহান হান্না, মশুোন্দগী হান্না লৈকবা মাংদবা মথমতা ঙায়বা, অনিশুদবা তাইবং মপুবু মতম হায়না কৌই। মৈতৈগী পুয়া, ইতিহাস অনিংক্কু পোমশিন্দুনা লৈবা বেদবু শাৎকাইহন্দুনা বেদ-গী অর্থ ফোংদোকই।

লৈবাক অসিদা পোকপা, লৈরম্বা পণ্ডিত শিদবুংশিংনা পুরাণগী রায়া তুংগমচংতা মতৈ হৈত্তবশিংনা মীনমগনি হায়না খায়া কিখি। লৈবাক অসিগী পুয়া, ইতিহাসপু মীনমদনবগী শিদবুংশিংগী খুদাদা বেদ ইবশিংনা চংজখি।

য়েক যনাই থায়না মাগী মগী জাতিগী, কাংলুপকী পিতৃগণ থায়বসি তায়রুবী মঙুংদা মফম অতৈদা লৈতে। মখোয়না য়েক ৭ মকপু মখোয়গী পুকোক্লু হয়। মখোয়না প্রবর করণ তৌবনা য়েকী ৫৫ শিনথিরুনা অদুদি পরশুরামগা মী য়ায়া তাংথিবনা কুল নম্ম জাতি ধর্ম্ম শংবা মীশক লৈতহনা তৌবনি হায়।

ইউরেংপকী লৈবাক অতৈদা পিতৃগণ ৭ যলাই ৭ মৈতৈ-শুম্মা ওয়। অদুম্রদি এইরগা মখোয়গী পুগী পুকোক তাকপাদ তমদে। ঋগ, যজু, শ্যাম, অথর্ব ইতিহাস অমস্তুং শ্রীভাগবতনা সাক্ষি পিরিবা কীতন্দ মৈতৈ লৈবাক মণিপুরতনা চুম্না অমস্তুং শুনা তোই। কংলাদা লৈবা ইবুধো লোঙা অরিবগী পাফম অধ্যাত্মিক অর্থ শংকই, ফোংদোকই।

মৈতৈ ধর্ম্মদি মখোয়গী পোকপদগী লোইনরক্লবা ধর্ম্মনি। মখোয়না মীরৈবাকী ধর্ম্মবু য়ারমদে। মখোয়গী পাউয়োঁদা মীগী মতৌ তম্বা হঙোই মরিন শুং শাং অম্রম্মা হায়। ধর্ম্ম কোবদি মচু তৌরগা মহৈ কংবা অচুগুম্বা থবকপু ধর্ম্ম হায়না কৌই।

মৈতৈ ধর্ম্মদি বৈজ্ঞানিক, দর্শণিক মুর্ত্তিনা মচাক ওইধগা পুয়াদা য়ুম্ফম ওইদুনা শাগৎপনি। মখোয়না তাইবং পুম্বা শীং নচুনা মাইয়োক য়াথি। মৈতৈ পণ্ডিত শিদবুংশিংনা কৈথিবা বেদ মুলক, বিজ্ঞান, দর্শণ সাস্ত্র অচুদি তাইবং পাথা মী অমত্তা কৈতে। মৈতৈগী শিদবুংশিংদি বৈদিক ঋষিশিংগী গুরুনি। শিদবুংশিংনা চৎখিবা ধর্ম্মবু বেদ পুন্নমক্না লোতুনা চৎলি।

য়েক যলাই হায়বগা মুমিৎকী মঙানবু থংনৈ। কুরু, যদু, ভরত, যজাতি অমসুং ইখ্বাকু বংশ হৌজিক থিবা ফংদে। মৈতৈগী য়েক যলাইদি হৌজিক ফাওবা লৈরি; থাডা মুত্তে। মরম অসি-দগী ত ইবংপায়গী ইতিহাসকী মক্ষদা চাউথোক্না লৈ। হৌজিক মখোয়বু মৈতৈ হায়না থংনরে। মৈতৈগী শাগৈ পুন্নমক মীপুম-তিংনা ইথোকই। মসি পারগা মৈতৈ জাতি অসি অসুক শেংই হায়বা ঐথোয়না থংবা ঙম্মী।

মণিপুর লৈবাকপু ঋগ, যজু, শ্যাম অর্থব বেদ পুম্বনা মুংশিবা কজবা ছন্দনা তোপ তোপ্পা হায়দুনা থাগৎলি । পুম্নমক অসিনা লৈবাক অসিবু প্রত্নোকোক অহান্বা য়ুম, পৃথিবীগী মাঙ্গি লৈবাক লৈমগী খোইদৌ য়ুম অহান্বা লৈবা য়ুম্ফাম্ব হায়না কৌই ।

তাইবং শেম্বা ইবুংধৌনা তাইবং শেমগে নিংদুনা লৈবাক অসিদা মাগী চিন্দগী পুয়া পুথোকখি । মফম অসিদা মুমিৎনা ইহান হাম্না থোকখি । মফম অসিদা সন্ধ্যা অহুমদা লাইয়াম-শিংবা মুংতিগী তোপ তৌই । মফম অসিদা জ্ঞান পোকই, ধর্ম্ম কৌবা লাইগী মিৎ অনিথোক্না ভাল্লি । মতুংদা তাইবংদা চংদুনা ভানখি । মফম অসি লাইয়াম্না থম্না লৈরম্মী । মফম অসি কুইরবা অরিবশিংগী অরিবা হায়না কৌই । অকবা য়াইফবা পাম্ব মী পুম্নমক্না অকবা থবক তৌরমদাইদা মাইকৈ অসোমদা ওন্দুনা মখোয়গী অনিংববু পাংথোকই । মরম অসিদগী মফম অসিবু নোংপোক অহন্বা কৌই ।

মফম অসি স্বর্গগী অহান্বা কোম্বো নি । য়াইফ মুংভাই তান্বা লম্বেলগী অহন্বা কোম্বোংনি । মফম অসিদা যজ্ঞ ইহান কাম্না তৌখি । মতুংদা ভারত পুম্বদা শন্দাকখি । মৈবু ইড়াৎপা জাতি ★ পালাঙ্কবী কৌবা খুদম অসি শিজিন্নবা জাতি অদু মফম অসিদগী তৌখিবা জাতিনি । গুজরাতকী লৈবাক শেমগৎ

★ লৈঙাক্লোন

শাগৎপদা লৈবাক তৌবদা পাল্লদবীগী খুদম অসি কোম্বংগী থোংদা য়েক্লম্মী। খুদম অদু অথং - অহেশিংনা নোংপোক মাইকৈদা শিজিন্নবা খুদম্নি হায়না য়েপ্পখি। মরী অসিদগী ঐখোয়না খংবা ঙম্মী তাইবংমী মীওইবা জাতিগী হৌফম শাংফম ধর্ম্ম, চাওখৎপা সভ্যতা শন্দোক্নপগা লোয়ননা মৈতৈনা খুন্দারম্মী হায়বা তাকই।

এশিয়াগী নোংপোক লমদগী স্বর্গগী লাইবাক্তেম্বা মী কাংবু কাংবু আয়বকী মরুভূমি লাম্না চংশকখি। মখোয়বু লৈকংলাদা শাথোবা হায়না জজ্জ বেনার্দশোনা হায়। মখোয়না ইয়ুরোপতা ঈশিং ঈচাওগুম্না চেনশিনকই। মরী অসিদা হায়রিবসি মৈতৈ জাতিনা পৃথিবীদা মাগী জাতি, ধর্ম্ম, লৈবাক শন্দোকপা অদুবুনি। ঐখোয়না মতম কুইনা শাক্লনিতিনা মীথা পোকখিবদগী ঐখোয়গী হৌফম শাংফম কাউথংনি। বেনার্দশোগী ৱাহৈনা হায়রিবা হেলোই অসি মঙাং গুরুগী মঙা ইবেম্মা নিংথু লৈমগী মথং মথং শাইওন তৌবা থাইদগী শুংশিবা মাহৈনি।

গুরুনা তাইবংশেম্বা লোইরে। পৃথিবীদা মী শন্দোক্লবা মীওইশিংগী লৈফম খুন্দাফম মশক থংনবা মচা মুপা সানামহীবু পৃথিবী কোয়না য়েংহনখি। মতুবু ঐখোয়না নোংখোং কোয়বা হায়না থংনৈ। সানামহীগী মচি ওইবা খোংথেকী মাফম অদু

মণিপুর

খংহুনা গুরুনা ভাইবং মীওইবা শন্দোক্নবা ধ্যান তৌখি। গুরুনা লাইয়ামদা ঐনা মিৎ উইশিল্লিবা অসিনা কেক পাংথোকলকপদা উবা জীব অদুদা ঐগী ইচা মীসু থাজগনি হায়না পাওমেনখি। পাংখনা গুরুগী বাশক থুগাইনবা সানাগী হুই ওইনা গুরুনা মিৎ পা থোক্লকপগা চপ মান্ননা গুরুগী মাংদা চংখি। গুরুনা মাগী বাশক পুংহুনা লাইয়াম অমদি লাইগী মচাশিংদা ঐদি হায়রুবনিনা হায়দুনা সানাগী হুই অদুদা মজা ইবেম্মা মীনু থাজখি। মীনু সানাগী হুই অনৌবা কোরি থেংদা হাপত্তুনা ইম্মাল তুংবেনদা থাদখি।

ইমা লৈমরেলনা গুরুনা ওম্মী হায়দুনা অমম্বা পোকহন্বী ইমোম্নু ওইদা পৃথ্বীদি গুরুগী য়াথং ঙককপদি ঙমদে অদুনু উচাগী খুঙ্জিল, নংশিনবা ইচাগী শম্নাং থরা ককথৌ হায়দুনা লাইগী মচাশিংদা ঙাংদগী পোৎ নমদুনা শম্নাং থরা, খুঙ্জিল থর লৌথোকই। মসিগী খুঙ্জিল, শম্নাং অদু পোৎ নমইবা মীশক্না সেবা চৎতুনা লৈবাক অসিগী ধর্মগী থৌ পাংথোকই। পোৎ নম্বা মীশকপু পাউনম শাগে হায়না ভাস ফংওবদা থংনে। পাওনম শাগে খুঙ্জিল অদুগী মখোয় নমু ভাইবং অসিগী সেবা তৌই হায়বনী পাংথোকই ব্রক্ষ্মন শাগে ওইনে। অদুগুমদুনা খুরাইচনম্বা লাইগী সেবা চংদনা মৈতৈ ব্রক্ষ্মন শাগে ওইখি। ইমা

শিদবীনা সানামহৗদা মচা ইবেম্মগী খেঙ্গুন লিহনখি। মীপু ইহান হাপ্পা গ্রীক্তা থুংখি হায়বা গ্রীকৗ হৌজিক লৈরিবা লৈশাবীগী শাই ককপা অসিনা থূদম পী। পৃথিবীদা সুপীনা শাই ককপদি মৈতৈ লৈবাক্তা হৌদোকখিবনি।

ইমা লৈমরেলগী য়াথং মতুং ইম্মা সানামহীনা লাইগী মচা-মশুশিং পূত্তনা মচনগী খোঙ্গুল লিখি। লমখাংদা লৈহৌবা কাংবুনা লম লম অক্তুদা খুল্লিংহুনা লৈনখি। মসিনা পৃথিবীদা তাইবংমী শন্দোকপা অহানবনি।

মীপু লৈমগী রাথোন্দ য়ুম্ফম ওইরগা লৈবাক রায়েন সাসনগী অচুম অবানগী বিচারস্থ লাইয়ামশিংনা তাকপীরম্বা অসিনা অহাঘনি। ইয়ুরোপকী অরিবা রারীদা স্বর্গদগী সুপা ১গা, সুপী ১গা লাক্কুনা তাইবং শিনবা থুংনা মী শন্দোকখি। মথোয়না পাখংবা, মীপু লৈমবু আদাম, এভ হায়না খংনখি।

মীপুনা লাইরৈবাক থাদোক্লমদাইদা গুকদা মপাম লৈবাক লাইরৈবাক্তা ল্লাকচগে হায়জবদা গুকনা ইচাগী করিস্ত রাজ্জে পৃথিবী অসি ইচাগীনি নংগী নচা নশুনা পৃথিবীগী নিংথৌ ওই-গনি। নংনা লাইরৈবাক্তা চংলক্রবদি পৃথিবীদা নংগী চংফম লৈরোই মফম অসিদা চংলকপা য়াদে পৃথিবী অসি নংগী খুদোন

অউন পোংনি। গুরুগী য়াথং মকোকথক্তা হাপতুনা মীপু লাই-য়ামদগী বিদাই লৌথি। মীপুগী মচা-মশুশিংনা লাইরৈপাক যৌরকপা মতমদা গুরুগী শাগ্না যাগী মচা-মশুশিংগী পৃথিবীদা লৈরগা নিংথৌ খুভম মন্থ যাংথি। লাইয়াব মচা-মশুশিংনা মৈহৌরোনগী য়াগী শিখুন মতুং ইন্না ভারতা লাকুনা অর্যাবর্ত্তদা নিংথৌ খুভম লিংথি। মীপুগী খোঙ্গুল শিশিবা মীশিংবু অর্য্যা জাতি হায়না খংনথি।

অতিংকোক গুরু শিদবগী লাংলোন মপুং ফানবা লুরাং গুরু পানফবগী মতা ইবুঙো পোইরৈতোন্না গুরুগী য়াথং লুপা থোং নোংপোক মাইকৈ ভগ্না নমু তাইবং মী শম্বোকপা চংথি। মসিবু মৈতৈ রাইদদা পোইরৈতোন খুম্বৈ.কপা হায়না খংনৈ। চিন জাতিনা থাবল ফবা অহিংদা লৈচিন নোংফাই থাংবা উরগা লৈশি লৈখোন্না ইড়াং পূজা ভৌই।

পোইরৈতোনগী কাংবুনা মকম অমত্তদা লৈরমদে। মখোয়না মতম খর লৈরগা মী কাংবু কাংবু পুথুনা খুম্নাখি। মতৌ অসুম্ন পাক চাউরবা এশিয়াগী লমদমশিংদা চাদা-নাউদা পীরম্নগা অষ্ট্রিয়া হঙ্গেরী, বোহেমিয়া ফাওবা পাক শন্না খুন্দাখি। পোইরৈতোন্না চাদা-নাউদা পীবা মীশকী কাংবুবু হৌক্রিক ঐখোয়না মঙ্গোল জাতি হায়না খংনৈ।

---

মঙাং, নুরাং গুরু অনিগী মথৌ পাংথোকপা উরদুনা খুমন গুরু মজা ইবেন্থদা লাংগোই শগোল তোঃন্দুনা নোংচুপ পাংনা লাইরাম পুন্নুনা চৎখি। মজা ইবেম্মা আফ্রিকাগী ইজপ্তা খুংলবা মতুংদা নোংশাগী রুপ লৌখি, অদুগা কোক্লা ইবেম্মগী কোক পাল্লি। খাক্লিকা খুমন গুরুগী চাদা-নাউদানি। ইবেম্মগী মুর্ত্তি কৌজিক কাওবা মথোয়গী পিরামিদতা চেকশিন্না ভাক শেন্দুনা লৈরি।

পরমেশ্বর নত্রগা পরমাত্মা ধ্যা'ন্না উবা রারী শান্নবা ভুমখ্রবা বিচ্ছা রত্নুনা ভাকপীরম্মী। লাইরৈবাকী মাইকৈ ভাকপা লাইরান্না লম লম খুদিংগী ধর্ম্মগী অবতার হেক হেক তৌই। কাটমণ্ডুদা মাইকৈ ভাকপা চীংগু মারজিংনা গৌতম ওইনা পোকুনা অবতার তৌখি। পৃথিবীগী ধর্ম্ম পুম্নমক মাইকৈ ভাকপা লাইরান্না লম্মু-ভা'ইবং মীনা মপোক লাংলোন খুদিংদা অরান খুভম কংনবা পু-খোক্লখা অথোইবা লাইগী পাংউত্তাক ভাকনি। মরম অসিদগী মণিপুরবু হৌবা, লোইবা, লোম্বা হায়না লাইরান্না থোল্লখা মিংথৈনি।

থাইনা মৈতৈনা চাওখৎলগা অদু মতম কুইনা লৈখিদে। মসিগী মরমদি লম্বী থোং কত্তবনা মরম ওইদুনা অকক্লবা মকম থরদগী হেন্না পাকথোক শন্দোকপা ভুমখিদে। চাওখৎপা মীশিং য়ামদবা কাংবুবু চাওশত্তবা মীশিং য়াম্বা কাংবুনা দেশকী ধর্ম্ম

ইতিহাস য়াংহল্লি। থাইনগী সভ্যতাদি লমজেন তাম্নবগুমই। অকথা ঈচেল অচুগী মপুংদা মী থরক্তনা মকোক ওই। মরম অসিনা শোগ্খ:চৌবা মী কাংলুপ্না অকথা সভ্যতাগী থাক অচু মী-য়ামগা মান্নমনবা মীকুপ থরদা নমথখি। ভৌতিক মতমদা চাওখত্তবা মীশিং য়ামদ্রে। মথোয় অতৎপা লৈতনা চাওখৎপা কাংবুগা থাক মান্ননবা হোৎন'মদ্রে।

সভ্যতাবু মরুওইনা য়োকইবদি লাইব্রিকনি। লাইব্রিকশিং অতুদা য়াওরিবা য়াথল লিচিং অচু লেংদনা লৈ, মচু পাকথোক শন্দোরকই। থাইদগী মরুওইবা অমনা লৈবাক অসিগী কোরা মুংশিং য়াম্না শাই। মরম অসিদগী লাইব্রিকশিং অচু লৈশো অমদি তিম্না চিক্তুনা মতং কুইনা লেংদনা থম্না য়াদে। লাইব্রিক লৈতবা, রেকোর্ড লৈতবা মফমদা সাহিত্যস্ত লৈতে। মীয়োন অমগী জ্ঞানগী য়াথলশিং অচু চীম হায়দনা ফুঙ্গা ৱারী ওইনা মীবোল অমগী মতুংদা মথং মথং শন্দোকপা ঙম্মী। লাইব্রিক লৈতবা অসিনা চাওখৎপগী লমজেন তাম্নবা অমদি সভ্যতা ফংবদা ঐখ য়দা য়াম্না থুদোংথি।

মহৈ হৈতবা মীশক্না লাইব্রিক লৈরবস্ত মচু পাবা থোকত্র-বদি লাইব্রিক্কী কাম্নবা ফংদে। মরম কয়া অসিদগী ঐখোয়না থংবা ঙম্মী লাইব্রিকস্ত লৈতবা লৈরিবা থর অচুস্ত পাবা থোক্ত

অহল লম্মন্দগী লৈপুং য়ারী ওইনা মীয়ু লৈমগী য়ারী তায় । মৈতৈগী সাহিত্য অথং অহৈশিংনা মৈতৈ লাইরিককী য়ারী লিপুন য়াম্না থাক য়াংই হায়না হায়নরিবা অসিমক ঐখোয়গী লেংত্রবা চাওখৎলম্বগী থূদম থরনি । মরম কয়ামুক অসিদগী সেণ্ট জ্বান অসেম্বা য়ারী নত্তে ।

"An old man says that he who tells the truth is aure to be hanged" মফম অসিদা পল্লিবা old man অসি্ গুরুবুনি । গুরুনা হয়েং কলি কোযা যুগতা অশেংবা হায়বা ঙাংবা মীশক অরাবা ফংগনি হায়না মাগী মচা মশুশিংদা তাক্লম্বা য়াহৈনি । সেট জ্বান কলি যুগকী মীয়ু লৈমগী শাই ওয়ি । মীয়ু লৈমনা লৈবাক অসিদা লৈরিঙৈগী মতম অদুবু হংক কোই । মতম অসিদা লৈবাক অসি লাইয়াম্না চোয় লৈ হায়দুনা লাইরৈবাক কোই । বেনার্দশোনা heaven state হায়না হায়রিবা অসি ঐখোয়গী পোক্লফম অসিনি ।

চহি ৩০০০গী মমাংদা দেশ অসিদা মহৈ হৈবা মীশক লৈরম্মী মখোয়গী মীশিং য়ামদে । হৌজিক্তি ঐখোয়না খংলে মহৈ হৈবা মীশিং য়ামদে । মীশিং য়ামদবা অশিংবা লৈঙাকপশিংনা ইতিহাস ধর্ম্ম অনিমক মমুং মপান ফাওনা মাংহল্লি । অমুক্তা মীওইবা দোর্শিবু তত্তুনা ওৎ নৈ । মসিগী মরম অশিংবনা অতৈনা খংদবা

হীরম কয়া মখোয়না খংই। শক্তিগী মহৈ মশিংগী খুমাং চাও-শিনখিবা মরম্না মৈতৈ জাতিগী লিরবা পৃথিবীদা মিংচৎ লৈরম্বা পুম্নমক মতম্না পুন্নুনা য়ারী লিখুনস্নু মাংখি।

অঙোম যলাইগী পুকোক পুরৈরোম্বনা মী কাংবু কাংবু পুন্নুনা ভারতকী অয়াম্বা মফমদা লৈবাক শন্দোকখি। মতম অদুদা মীওইবা জাতিগী সভ্যতা লৌউবগী বিদ্যা শন্দোকখি। মখোয়না পঞ্জাবতা থুংবা মতমদা মকম অদুদা লৈরম্বা মীশিংনা নখোয় কনানো করি লমদগী লাকপনো হংখি। মখোয়না কুরুম মচিথেন্দগী লাকপা ঐনি হায়। মতম অসিদা পঞ্জাবতা নিংথৌ পাল্লমদে। মখোয়না পাখংবা ওইরবোই নিংখি। পুরৈরোম্বগী মীশিংনা পাখংবনি হায়নিংখি। পুরৈরোম্বনা লাইরম্লেম্দা কায় খংদুনা অঙোম যলাইনি চন্দ্রবংশনি হায়। মখোয়গী লৌউ বিদ্যাদা শিজিন্নবা য়াহৈ অর ভিভি ঐ হায়বা অসিদগী পুরৈ-রোম্বগী ধ'রানা নিংথৌ ওইরবা মতুংদা কুকমদগী লৌদুনা কুক শাগৈ হ'য়না খংনখি। পৃথিবীগী লোন অতৈদা অব্ ধাতু লৈতে।

অঙোমশিংনা মতিক মথৌনা চাওবক্লুনা নিংথৌজাগী মথক্তা লান্দারকপদা নিংথৌজানা অঙোম পুম্নমক কোয়না থিদুনা হাৎখি। মতুংদা মখোয় লৈবাক অসি থাদোক্লুনা আসামদা লোৎখি। মৈতৈনা আসাম য়ৌনা ভানখি। মখোয়না আসামদা থুংবা

মতমদা অঙোমগী শক্তি রাৎপদগী ঐখোয় অঙোম নত্তে অহোম জাতিনি হায় । মৈতৈনা কিরদুনা হায়বনি হায়বা খংলদনা মরাল তাকপীখি । সুমিৎ অসিদগী হৌনা অঙোম্না পাক শন্না আসামদা খুন্দাখি । মরম অসিনা অহোম জাতি অঙোম ঘলাইগী কাংবুনি ।

মৈতৈ জাতিনা মতম পুন্নমক্তা মী কাংবু কাংবু পুদুনা লৈবাক-মচা-তাবা লৈবাক অসিগী বিদ্যা শন্দোকপগা লোয়ননা রাজ্যসু শন্দোকখি । মখোয়না তেখাও, কুচু বিহার, পাঠান, খাগি পোংদা খুন্দাখি । নিংথৌ কাংবগী মচা ৯ গী মনুংদা মচানুপা ৬ তি ঘলাই ৭ তগী যুম্নাক কয়া খোম্‌দনা মী তাদবা লমদা মনীংতম্না নিংথৌ ওইরুনবা চৎখি । মখোয় অদু মথক্তী লমশিং অসিদা পারখি । মসিনা ময়াই ওইবা যুগকী মণিপুরগী সভ্যতা শন্দোকপগী নিংশিংবদা মতিক চায়বা খুদম্নি ।

---

# অনিশুবা শরুক

## লৈঙাক্লোনগী অশগ্বা বারী

মৈদিংঙু নাউথিংখোং মণিপুরগী খ্বাইদগী চাউবা নিংথৌ-রেলশিংগী মরক্তা শিংথানবা অমনি। নিংথৌরেলনা নোংচুপ দেশকী হিন্দু নিংথৌরেলগী মচানুপী লৌরম্মী। মহারাণী অসি ময়াং লৈমা চৌড় রেম্বী হায়না খংনৈ। মহাক্না মৈতৈ লৈবাক্তা লাকপা মতমদা মহাকী গুরু, মাগী সেবা তৌবা, শিনফম কয়াগী মী লোয়নরকখি। মখোয়গী মরক্তা হিন্দু ধর্ম্ম শন্দোকপা মীশক য়াওখি।

নাওথিংখোং দ্বীগ বিজয়ীনি। মহাক্না নোংপোক নিংথৌ শ্যামলুং মাইথিবা পীদুনা পোং লৈবাক লৌখি। লান্দ ফারকপা লানফাশিং ইম্ফাল নোংপোক্তা থমখি। মখোয়গী লৈফম্বু পোং-ইংখোল হায়না খংনৈ।

মহারাণী চৌড়রেম্বী লোবদগী মৈতৈ লৈবাকী খুৎনা শাবা পোৎ-চৈ, ফি-রোন লৈবাক অনিগী নিংথৌশিংনা ললোন ইত্তিক্তা মরি লৈননা দেশ অনি তেংবাংনখি। মহারাণীনা লৈবাক

অসিগী অহৈ - অশিং থুৎলা হৈবা, ঈশৈ - নোংমাইগী ওঝা ওই-নবা মপাম কোম্নু'দা থাদুনা মৈতৈগী বিদ্যা শন্দোকখি। নোংচুপ লমগী মীশিংনা মণিপুরবু স্বর্গ কৌই। নিংথৌরেলগী মচানুপী লৈখিবা অসিদা স্বর্গ লৈবাক অয় তৌরে হায়। মতম অসিদা মৈতৈ লৈবাক মিথিলা দেশ হায়না খংনৈ। মহারাণীগা লোই-নরকপা ব্রহ্মনশিংনা ধর্ম্ম শন্দোক্লবা মহারাণীদা কম্না তকশিনখি। মখোয়না মৈতৈলোন খংনবা মহৈ তমখি। লোন হৈরবা মতুংদা বৈষ্ণব ধর্ম্মগী মরুওইবা লাইরিক কয়া পাথ তৌখি। মখোয়না মৈতৈ ধম্ম মাংনবা তৌরে হায়বা শগুলেন মরুশিংনা খংলক্লুনা ধর্ম্মগী মিংদা লৈবাক অসি হিন্দু নিংথৌনা লৌখিদৌরে হায়না নিংথৌরেলদা খংহনখি। শগুলেন মরু, লৈবাক্কী অগুবশিংদা নিংথৌ রাণী অনিনা লৈবাক রাখোক ওইহনগনু হায়না মাইকৈ অনিদা থেমখি। অশেংবমক্তি বেদগী হৌরকফম লাইরৈবাক অয় তৌবা ওম্রবদি হায়না হিন্দু নিংথৌনা য়াম্না খোইরাংখি।

নিপানশুবা শকাব্দদা চহি ৩০০ খরা হেন্না ইন্দো চিন্দা তো-ডান তোঙাম্বা হিন্দু লৈবাক অহুম লৈরম্মী। মাপনশুবা শকা'ব্দদা যশোব্রহ্মাণ কৌবা অকম্বা লৈঙাকপা অমা হৌরক্লম্মী। মহাক্না লৈবাকশিং অসি অমত্তা ওইনা পুনশিন্দুনা অচৌবা রাজ্য অমা লিংখি। নিংথৌ অসিনা এনকোরদা কোন্নুং শাখি। যশো-

মণিপুর

ব্রহ্মণনা শাবা লোইদবা শরুক অহু মাগী মতুং শিনহৌবশিংনা লোইশিনখি। সহর অসি সিজরনা য়োমদা পাম্বা মতমদা লৈরম্বা মীশিংদগী হেল্লি। সহর অসিগী মনাক্তা এনকোর ভাট লৈ। চোল্লা নিংথৌরেল রাজেন্দ্র ২সু ভারতকী বা'মদা মতিক মথৌনা লৈবা শ্রীবিজয়ানা লুচিংদুনা নোংপোক লম সিলোন, শিঙ্গাপুর, সুমাত্রা, মালয়, বোর্নীও, ফিলিপিন, সেলোনিজ, কোমো'সা অসিনচিংবা দেশশিংদা ললোন ইতিক্তা মরি লৈননা লৈবাক লোঁ-শিন্দুনা ধর্ম্ম শন্দোকখি। শ্রীবিজয়া শকাব্দ ১১ কাওবা পাল্লম্মী।

মণিপুরদা মৈদিংগু খোংজেকচানা পাক্লিহৈডদা ভীমপাল, ব্রহ্মা পাল জেনেরেল অনিনা মণিপুর লৌবা লাকখি। ভীমপাল ব্রর্ম্মাগী নিংথৌনি। ব্রহ্মাপালনা মণিপুর য়ৌরকপা মতমদা অসুক্কী মতিক ভমথিবা লানকম অমা ওইখি। নিংথৌ মচানিতবু হায়-রবদি হাৎলম্মী। ভমথিবা মীহাৎ অসিনা মকম অসি যম পুর হায়না খংনখি।

United front co-ordinating action committee.

যলাই নিংথৌশিং পুনশিল্লে। প্রজা পুন্নমক লৈমুংদা লোৎলে। মৈদিংগু খোংজেকচাগী লিচিং মথাদা থাক মান্নরা লৈমিন্নদুনা মৈতৈ লাম্মীশিংনা য়েরুবগী থোং থিংখ্রে। মপান্দগী লাকপা চিঙ্গাক লাম্মী পুন্নমক খিংদুনা মৈতৈ লৈবাক্তা লৈজবা

মৌশিংদগী মেখা লাগ্নী পুন্নমক অমতা থাক্তনা লাংলে। লানক্‌ম অসি চহি ১১ চুপ্প শোল্লখি। অসুক এতম শাংনা শোক্লবা লানক্‌ম অমা পৃথিবীগী ইতিহাসতা অতাংবনি। লানক্‌ম অসি খৃঃ গী তুং শোক ৭৬৩ দা থোকখিবনি। মৈদিংঙু খোংতেকচাগী মরুপ মদধর দেশকী নিংথৌ নীলধজনা লানক্‌ম অসিদা মতেং পাংখি। লান হেক লোইবগা মৈদিংঙু খোংতেকচা শিখি। ফ্রণ্টকী কান্নবা থংজুনা মলাই ৫ দি নিংথৌজা পীবাগী লিচিং মথাদা থাক মান্নবা পুলি মুংশাংনা লৈখি। মোইরাং ১ দি খুমন মলাই অনিদি হান্নগী মশৌগুম্না লৈজগে হান্নবদগী অমুক লৈহনখি।

## মৈদিংঙু লোয়াম্বা

মৈদিংঙু লোয়াম্বা শোক ১০৭৪ দা মণিপুরগী নিংথৌরেল ওইখি। মহাক্না লৈবাক অসিদা ধর্ম্মগী বাথোক অমুক হননা থোক্তনবা ইনৌ নৌবা লৈবাক বায়েন পথাপ অমা পুথোকখি। মহাক্না পুথোকখিবা বায়েন অসিনা মবুথৌ পাথংবগী মতমদা চৌংগী নিংথৌশিংগা লৈনরম্বা মরি অহ্ন অমুক নৌনা মড়া চেৎ-হনখি।

নিংথৌরেল লোয়াম্বনা চৌং তম অনিগী লুচিংবশিং কৌহ্ননা লৈবাক অসিগী চাওখৎ থৌরাংগী মরমদা খন্ন-নৈনবা অচৌবা সভা অমা কমখি। মহাক্না লানগী মাং-তাকপা, চাওখৎপা

খিনবা লানগী অকিবা রাক্ষ কয়া তোয়না খোকপা পল্লভুনা লুচিংবশিংদা মৈহৌরোনগী নিংথৌ পোং ১০ গী রায়েন সাসন কয়া পনখি ।

চৌংলেম্বা অঙম্বশিংগী সভানা লৈবাক-মচা ভাবা অশিংবগী রাহৌদোক অদু থাগৎখি । নিংথৌরেলনা লৈবাক মড়া চেৎনা যুম্বাল - কৈবাল্. শেল - থুম চাওখৎপা অকম্বা লৈবাক অমগী লুচিংবগী লিচিং মখাদা পুম লৈমিয়নবা হায়জবা অদু পুম্নমক্না পেয়খি । মহাক্না চৌং - তম অনিগী মরুপ মপাং ওইবগী সুংশিনবা মপুংফানা ফোংদোকখি ।

নিংথৌনা ধর্ম্মদা নিংতম্বা ওম্নবা মপান্দগী লাকপা মীশিংবু অমদি মীতোপ চংলকপা য়ানবা নিয়ম কয়া পুখোকখি । মপাক্নগী মীয়াম্না মশানা য়ারবদি লোন - লৈনবগী পুক্নিং থৌগৎখি । মপানগী মীশিংনা পুকচেল শেংনা মৈতৈ নিংথৌগী মফমদা রাজ-ভক্তি লৈবা লৈবাক অসিগী চাওখৎ থৌরাংদা মথৌদাং য়াহনখি ।

মখোয় মথোয়গী মরোন্দা লৈবাক অসিগী রায়েন পথাপ অনুবাদ তৌহন্দুনা মাগী মাগী দেশতা শন্দোকহনখি । হায়বা ইনবা, মতিক মথৌনা লৈবা, হোৎনবা কয়া, মহৈ হৈবশিংদি মফম চাওনা পীরম্মী । লোয়াম্বা মতিক মথৌনা লৈবা, লৌশিং শিংবা

ভুংগী য়াম্না উবা, অরি অনৌ অনিগী শন্তাইনখিবা খ্বাইদগী চাওবা নিংথৌশিংগী মন্নুংদা অমনি ।

পৃথিবীদা লৈত্রিবা লৈবাক বায়েন পাথাপ পুথোকপা অসিদা অমুক হেন্না হিন্দু নিংথৌশিংনা লৈবাক অসি পামখি । অদুম ওইনমক লানগী মতুংদা শান্তিগী লমজিং শেল থুম, লৈবাক অমগা লৈবাক অমগা শান্তিদা মরি লৈননা পানমিন্নবা পুথোকপা নিংথৌ- রেলগী বায়েপ পথাপ অসিনা লান্দাবদা অথিংবা পীরম্মী ।

ভারত্তা হিন্দু নিংথৌরেল সেন শাগৈনা পান্বা মতমদা মৈতৈ লৈবাক্তা লান্দাখি । অসাম বড়বেত্তাগী তোর্বান্দা লানফম ১৭/ ১৮ লক শোক্লবদা মৈতৈনা জয় ওগপি । মতম অসি মৈদিংগু কোংয়াম্বনা পাল্লমই । লানফম অ সদা জেনেরেল অনি কাবন্মী । লানফম অসিদা হিন্দু নিংথৌগী বৃগেড ১৭/১৮ লোইশিনখি । পৃথিবীগী ইতিকারশিং ভারত্তা লাকখি । লানফম অসিদগী হৌনা নোংচুপ লৈবাক্তা মরি লৈনবা অমুক হৌখি ।

পৃথিবীগী য়াইতোংবশিংনা ব্রহ্মপুত্রনা কোম্বা লৈবাকশি· মৈতৈ নিংথৌরেলগী ওইহনখি । য়াইতোংবশিংনা সাখি ওইদুনা লৈবাক অনিগী নিংথৌশিং সন্ধি তৌনখি । সন্ধিগী বায়েপ পত্র কংলাদা ফুমখি ।

মৈতৈ লাম্বোং অসিদা নোংচুপকী লৈবাক হায়বদি ডাকা, অসামগী নিংথৌ পাম্ব লৈবাকশিং লান তৌদনা মৈতৈ লৈবাকা মরি লৈনখি। মখোয়গী রাজধানিদা মৈতৈ নিংথৌনা রাজছত্র থম্বা হৌখি। মরম অসিদগী ডাকা অমম্নং অসামদা মৈতৈগী রাজধানি তৌজিক খাওবা লৈরিবা অসিনি। দেশশিং অসিদা কুতনিত্তিগী মী থমখি বাস চহি ৫৮০ শুরে।

লৈবাকশিং অসিনা মমিংতা ওইনা চহিগী খুন্দানপোৎ পী। মৈতৈ নিংথৌনা মীংতম্বগি কাম্নবা মতুগী অর্থ শন্দোক্লা তাক্লবা মনিপুরগী রায়েন পথাপ মখোয়গী লৈবাকশিংদা চৎনদুনা নোংপোক লমগী মপাঙ্গল কন্বা লৈবাক অমা শেম্নবা অসামগী নিংথৌশিংদা হায়খি। নিংথৌরেলনা মমা লৈঙেগী মতৌঙুম্না নিংথৌগী মনীং তম্বা কাংলন্দনা থম্বা অতুগা শা-লান খোকপা মতমদা পূম্না মাইথোক য়াদুনা পানায়ম্নবা মনীং-তম্বা লৈবাক লিংহনখি। অশেংবমক ঐখোয়গী লৈঙাক্লোন লম কন্না য়াদে। নিংথৌনা লানফাশিংদা মখোয়গী মরোন্দা মৈতৈগী লৈঙাক্লোন ইথোকহন্দুনা ফম চাউনা পীরম্মী।

মণিপুরগী রায়েন পথাপ শোক ১০৭৪-- ১১২১গী মমুংদা ইথি।
আমেরিকা শোক ১৭৮৮ দা পুথোকখি।
সুইজরলেণ্ড শোক ১৮৭৪ দা পুথোকখি।

বৃটেন শোক ১৬৮৮ দা থম্লখি পুথোকখিদে।
রশিয়া শোক ১৯৩৬ তা পুথোকখি।
চিন শোক ১৯৫১ দা পুথোকখি।

নিংথৌরেল লোয়াম্বনা অরিবা যুগ লোইশিন্দুনা অনৌবা যুগ অমা শেমদুনা নিংথৌগী শোকপদগী লোইনংকুবা শক্তি পুম্বা থাদোকুনা প্রজাদা শিন্নখি। মীরৈবাক্তা চাংদম্লদনা য়েংবদা থৌরাং অমি থাইদগী চম্বা অমনি। নিয়ম অসিনা নিংথৌগী খুবমদং লেংদনা থম্লগা সাসনগী তাঃ পুম্নমক সভাদা পীরম্মী।

---

## অহুমশুবা শরুক

অহোংবগী কান্নবা—
লৈবাক বায়েনগী মওং মতৌ
অনৌবা বায়েন পথাপ অসিনা চীং-তমগী মরক্তা লৈবা প্রজাগী ফিরেপ, প্রজা মশেল অমগা অমগা থাক মান্ননা চৎমিন-

হল্লা অসিদা প্রজাগী ফিরেপ অহোংবা কয়া পুরকখি। রায়েন পথাপ অসিনা পুন্দুনা চৌং-ভম প্রজা অনিগী মরক্তা য়েংখিনবা কোকহনখি।

অশেংবমক অপুম্বা লৈবাক অসিগী নীং তম্বা, ঐখোয় ইশেল অমগা অমগা নিংথৌ খুবমগী য়েংখিনবা, পুক্লিংগী চিংনবা লৈরম্বা রায়েন অসিনা কোকহনখি। মতম কুইনা লাম্লেংনবগী মহুত্তা চৌং-ভম অনিগী মমাংথৈদগী লৈরকপা মমাংথৈদা অমুক্তা থোক খিদ্রিবা লুচিংবশিং থাক মান্নবা লৈমিন্নখি। নিংথৌগী শক্তি প্রজাগী ফিরেপ লোইনা হোংখি। রায়েন পথাপ অসিনা নিংথৌ পাম্বগী অরাংবা থাক্তা চংশিনখি। চৌং-ভম মরুপ মপাং ওইনা লৈমিন্ননবগী লমজিংবা রায়েন পথাপ্পা নিংথৌশিংগী মরক্তসু নিংথৌ পাম্বা অকনবা লৈবাক অমা শেম্বগী লমজিংবসু নী।

রায়েন পথাপ অসিগী রাহোদোক্কা আইনগা প্রজাগা মরি লৈনবা অডুগা নিংথৌ অমদি প্রজাশিংনা মতৌ করম্না মাংজিন থানা চৎলগা লৈবাকী চাওখৎপা পুরকদগে হায়বা শম্না হায়দুনা থিন্দুনা ভাকই। চৌং-ভমগী নিংথৌ অমদি প্রজাশিংনা রাজনিতিগী অনৌবা য়াওন্ চেকশিন্না য়েংশিনখি।

২। আইনগী কোকম রায়েন পথাপকী মরু নত্তে —

রায়েন পথাপ অসিনা আইন্না পীবা শক্তিগী রাখল ত্তৌদে। অদুমদি ওইরগা মাসগী হৌরকফম অদুদি য়াই। আইন্দা য়ুম্ফম

ওইরবা রায়েন, সরকারনা শৈবাক্কী থবক পায়খৎপদা সরকারনা মতু অচুম্বনি কায়না তৌগনি। তম্পাক্কী রংজনিতি নিতি চুক্তি রায়েন পথাপ্না মপুংফানা ভাগ মন পী। প্রজানা লান্‌বু শক্তিগী জাৎনি কায়না লৌহল্লি। মীওইবা জাতিগী যুম্বাল কৈবাল শেল-থুমগী থুমাং চাউশনবনা প্রজাগী তৌগদবা মথৌনি লৌই। শক্তিগী ফত্তবা অচুদি ইতিহাসতা অঙ্গমক লৈতৌই। মরম অসিনা আইনগী হৌফম রায়েন পথাপকী মরু নত্তে।

৩। তোণ্ডান্ তোণ্ডান্‌বা জাতিগী লৈবাক —

আইনগী হৌকম রায়েন পথাপ্না চীং-তম নিংথৌ লৈবাক্তা লৈবা প্রজাশিং ৩ রম পুম্নক্তা পরিবার অমগুম্না পুম্নে লৈবাক শন্দোকপগী মাইয়োক্তা শান্তি ওইনা তিন্নচনা তপ্না তপ্না হোংবা অপুন্‌বা জাতি অমা ওইনা শায়না লাওথোকই। জাতি তিন্নদবশিংগী মরক্তা লৈবাক্কী য়েক্লপা থবক তৌবা মংকাক থোংবা জাতি নত্রগা মফম অমগী নিংত চুক্তিগী মাইয়োক্তা জাৎ বিজাৎ খায়দনা রায়েন পথাপ্না প্রজা পুন্না পুম্ন মাইয়োক্লহল্লি

যুম্বাল কৈবাল, শেল থুম, শিক্ষা, অভ্যাস চাউখৎহনবগা লোইননা জাতি তিন্নদবা প্রকাশিংগী মরক্তা পুক্নিং থৌগৎপা মশা কান্নহনবা, থোইদোকপা লমচৎ প্রজানা মপু ওইবা নিংথৌ পাংনবা লৈবাক অমগী আইনগী হৌকম পথাপ অসিনা জামিন

মণিপুর

পী। থাক মান্নবা লৈবা প্রজাগী লাইরিক কোংবা তাংনিংবা বা তাংবা, মশাগী লমচৎ শাজৎ মনী· তৌনা কো বদা লৈবাকী অকাইবা লৈরবদি আইম্না থিং।

জাতি তিন্নদবা মীয়াম্না লৈবাক অমগী নিংথৌগী মথাদা ন'ং তম্না লৈবা য়াই।

৪। মীয়াম্না পাম্বা লৈবাক –

হয়াচকী মতমদা অতোং নিংথৌ পুখিবনা লৌ উবা বিদ্যা তৌদোকখি। তাইবং চিজাক অথোইবা লৌউ বিদ্যা অসি মীয়াম্না পাম্না শিজিন্নখি। বিজ্ঞান অসিনা মরম ওইরদুনা মীশিং য়াম্বা লৌমী শিংমীগী লুচিংবা কাংবুনা লৈবাক অসি শেমগৎ-শাগৎপদা বিজ্ঞান অসিদা থুক্ষম ওইরে।

মমাংগীদগী চৎনবয়ুরুবা নিয়ম থরগী মথাদা প্রজানা থনবা নিংথৌ পাম্ব লৈবাক লংই। নিয়ম থরনা নিংথৌগী ওৎ-নৈবা থিংদুনা অতোপ্পা প্রজাগী ফিবম লৈতাহল্লি। মতুংদা মীয়ামগী লমচৎ শাজৎ থোগৎতুনা অইংবা সমাজ অমা শেমখি। মতৌ অসুম্না কাংলুপ থাইদবা মীয়ামগী সমাজ লিংবদা পুরিং থোগৎলি।

লৈবাক অাসগী মীশিং য়াম্বা প্রজানা নিংথৌদা রাজ ভক্তি লৈনা খুৎশম্নবা চৎমিন্নে। মথায়না অতোপ্পা জাতিগী নত্রগা

অতৈ নিংথৌশিংনা লৈবাক অসিদা লাম্দাতুনা ওৎ-নৈবগী অরাবা কোকুবা পুন্না লেপখিরে। মরম অসিদগী নিংথৌনা মনীংতম্বদগী লৈবাক্তা নিং তম্না নিংথৌ শেমগৎতুনা মীয়াম্না পাম্বা লৈবাক লিংই।

৫। মীয়াম সমাজ শেমগৎপা —

লৈবাক অসিগী রাজেন পথাপ অসিনা অরিবা যুগ লোই-শিন্দুনা অনৌবা অওবা সমাজ অমা লৌনা পুবক্তুনা লৈবাক প্রজা পুন্নমক মথৌদা পুক্নিং চংহল্লি। লৈবাক অসিগী মরুওইবা শিনফম লল্লোন ইথিক, খুৎ-শা হৈবগী থবক, পোৎচৈ শাবগী বিত্তাবা সমাজগী পুক্নিং চিংশিনবগুম্ব লৌউ বিজ্ঞানদসু পুক্নিং চিংশিংহনখি।

রাজেন পথাপকী রাজেনোক্তা লৈবাক অমগী হকচাং কয়াৎ ওইরিবা সমাজদা ওৎ নৈবা লৈহনা লেংদনা থম্লবা হায়। প্রজা-শিংনা প্রজাগী মরক্তা মপুং মপান ফাওনা প্রজানা মপু ওইবা নিংথৌ পানবা লৈবাক ওইনবগী মরমসু তাকই। লৈবাক্তী অওম্বশিংনা মতিক চাবা, অকনবা নিংথৌ পানবা লৈবাক ওইনবা মহৈ মশিং বিত্তা হৈবা মীশক অথং অহৈশিংগী পাউতাক পীবী-নবা লাউথোকই।

৬। পোৎথোক্কী উপাইনা মপু ওইবা —

য়ুখাল-কৈবাল, শেল থুম চাউথৎনবা পোৎথোক থরগী হায়বদি খোনিগী পোং. ঈশিং মপুং মরৈ কাবা লম অসিগুম্বা পোংকী মপু. সমাজগী লমচৎ শাজৎ শেমগৎপগী লমচৎ চেম্নবা; মপুম ওইনা প্রজানা মপু ওইনবা নিয়ম শেম্মী। পোৎথোক্কী পান-দমকম শোইদনবস্থ আইয়া কোন্দুনা থম্মী। থবক শুবা কাংবুনা সমাজগী লিচৎ শাজৎ পুম্না শেমগৎনবা মথোয় মশেল ভেংবাং-মিয়নবা কেন্দ্র মচা মগা লিংই।

লৌমী থুংনাইবা মীশক্না মশাগী সম্পতি লেপতুনা সমাজগী লমচৎ শেম্বদা উপাই ওইরিবা মথোয়গী শিনফম্বু প্রজানা ইকাই খুম্নবা থোগৎলি। সরকারনা মহে মরোং য়াম্না পুথোক্লবা, প্রজা মশেল ভেংবাংননবা কৈথেল মচা মচা লিংনবা ভেংবাংস্থ পী। মতৌ অসুম্না থুংনাইবা, লৌমী নত্তবা মীশকস্থ পোংকী মপু ওইনব রায়েল্লিবা মীশক্না আইন শেম্মী।

৭। সম্পত্তিগী অচুম্বা —

পোৎথোক্কা মপু ওইফনবা অচুম্বা রায়েন পথাপকী থৌরাং, নিয়ম অসিনা শীগ্নীগী মরম্নাই সম্পতি লেপ্প, শেল তুংশিনবা যাই। শেল ভানবা মরম্নাই ময়ুম মকৈ লিংবা ভম্বা প্রজাগী

পুন্সি ঙাক-শেন্নবা সরকারগী আইন শেম্মী। কনাগুম্বা মীশক্না মরম্নাই হেন্দোক্না লম কনশিনবা সরকারনা প্রজাগী য়াইফ থৌরাং পায়খৎপা মতমদা অমুক লৌশিনবা য়াই।

৮। লন থুম চেকশিন্নবা থৌরাং —

সমাজগী লমচৎ শাক্তং শেমগৎপদা চংবা মচাক মথুম দরংকার লৈবা মাইপুনমা পীনবা য়ায়েন পথাপ অসিনা মাংজোননা থৌরাং তৌদনা ব্যাখ্যা তৌই। অসুম্না শিক্ষাগী হৌরমদা প্রজাগী পুন্সি নিং-তম্বগা লোয়ননা সরকারনা চউখৎ থৌরাংগী হৌরম পুন্নমক চাউনা ঙাক শেল্লি।

ঈকং থে কপা নক্রপা ঈচাউনগী মথৈ মরোং মাংবা অমদি ঈশিংগী অকি-অগং থোক্তনবা লৈবাক মরা চেৎনা পানবা ঙম্নবা তুরেন মবিন হেংবা, খো' তৌবা, লম্বী থোং শেমগৎতুনা প্রজা সুংঙাইনবা থৌনাংস্তু তৌই। খুদম:— তাওাথংমাং, অয়াংবা, পাইখোম্বা নিংথৌশিংনা হৌবম অসিদা পুক্নিং চংখি। খুমোইন তোম্পোক্না পানবা মতমদা মক তাক্লপা মবিংবা, ললহা ঙম্বা অনিনা খোনীগী হী—য়াই, মখোয়গী লৈবম নংদা ইচুনা লৈবাক নিংথৌ থংনা লোন্না থমখি।

•। থবক্তা ইকাইখুম্নবা —

রায়েন পথাপ অসিনা খবক্তা মতিকচাবা মীশক ইকাই-খুম্নিনি হায়না লাওথোকই। জাতিগী লন-থুম ফুংশিন্নবা থৌরাং তৌবা অসিনা থবক ফংদবা মীশক মথৌদা পুক্নিং চংহুনা রাজ-ভক্তি লৈবা প্রজা অমা ওইহল্লি।

নিয়ম চুম্না মশা কোন্না থবক তৌহনবা, জাতিগী শেল থুম যুম্বাল কৈবাগ সরকারনা থৌরাং তৌবনা থবক ফংদবা মীশক থবক পীবা ওম্মী। নিয়ম অসিনা খ্বাইদগী ফজবা খুৎশুমন ফং-হল্লি। সরকারনা থরাই য়াওনা প্রজাগী মথৌদা শরুক য়াহুনা প্রজাগী পুক্নিং থোগৎলি।

মৈদিংগু লোয়াম্বনা মী খুদিংগী শিনফম থায়দোক্তুনা প্রজা মশেন ইকাই খুম্নহল্লি। রয়েন পথাপ অসিনা থোনাফবা মীশক্তা লান্দগী ফংলকপা পোৎ চৈ, লন থুম মনা ওইনা পীথোক্নবা হায়। খুদম :— নিংথৌরেল পাইখোম্বনা মতীক মথৌনা লৈবা মীশক্তা যাগী মতীক মথৌনা ইকাই খুম্নবা উৎতুনা লান্দগী ফংলকপা পোৎ চৈ, সম্পত্তি মনা ওইনা পীখি।

১০। অচুম্বগী হৌরকফম অমসুং শিনফম —

লৈঙাক্লোম্ম নিয়ম চুম্না প্রজাশিংদা রাজনিতিগী অধিকার পী। থবক তৌবগী ফংফম থোকপা ছুটি, অহল ওইরকপগী

ঙেংবাং পী। লিকাইগী থবক তৌবনা খ্বাইদগী চাউনা ইকাই-খুম্বে। অয়োখা প্রজাগী সম্পত্তি ঙাক শেন্নবা মী খুদিং মথানা ঙানা চাং নাইনা সমাজ নৈতিক চরিত্রদা ইকাই খুম্নবা উৎতুনা থবক তৌনবা লৈঙাক্লোম্না লমজিংই। খুদম :— চহাইরোংবা নিংথৌনা মাগী সাসন্দা অমোৎপা অমদি সরকারগী মথক্তা মরান পীনবা ন,ংদা হৎতুনা মীয়াম থ'নবা লাওথোকই।

১১। শক্তিদি প্রজাদা লৈ —

লৈবাকী থৌবুরেল ওইরিবা অপূবা প্রজাগী মীহুৎনা লৈবাক ঙাক শেনগী তাড় পুই। মথোয়না সমাজ নৈতিক চরিত্র থাজবগা লোয়ননা চাং নাইনা থবক নোমজুনা মীয়াম্বু খুৎশয়না লমজিংই।

পাল্লী মচা ম্যাশিংনা বুংনা শবল থাবজুম প্রজাদা লৈ-ঙাক্লোন অসিগী মরান পীজুনা রা ঙাংনবগী শক্তিস্থ প্রজাদা লান-থোকই। লৈঙাক্লে'ম্ন যুন্ফম ওইবগী মরম মী খুদিং মপুংফাবা, হায়বা ইনবা অশেংবা প্রজা ওইহন্নবনি। লৈঙাক্লোন্দা যুন্ফম ওইরগা নমথাক তৌবা মীশক, মরম চাদনা লান হৌবা কাংবু আইন্না মথোয়বুস্থ দণ্ড পীনবস্থ হায়। খুদম —

(১) চহাইরোংবা নিংথৌরেন্না মরান লৈবা মীশক মতৌকচানা রা-রকুনা লৈবাক রাথোক মশীং য়ামহনখিদে।

(২) নরসিংহনা চহাইরোংবগী থাবা মেলৈথোম্বা মচিন মনাও ক'জুনা

হাংলগী নত্তে পীখি। মেইতেইখোয়দি মচীন তুশিল্লগা মথোং মখুৎ পুল্লগা যোয়া থাউদা হান্দুনা ঈশিংদা থাদহনা হাংখি। মেইতেই-খোয়গী অশিবা কেকচাং লোইশিনবকম হৌজিক কাওবা নহুল মপান্দা মেইতেইখোয়গী মং হায়না লৈরি।

১২। লৈবাক্কী থ্রাইতংগী চাউবা মপু —

লৈবাক অসিগী থ্রাইতংগী চাউবা মপুদি নিংথৌনি। থুমন, মোইরাং, লুয়াং, অসিনচিংবা যলাই ৭ কী অপীকপা নিংথৌ পায়বা লৈবাক্কীসু যলাই নিংথৌনা মপুনি। লৈবাক থুদিং ভোমখিন ভাগা প্রজাগী কয়াইবা ৬৪ মা পুম্না রাখেল সাসন্দা লমজিংই। কুপত্রেং, সেপ্রেং, মতময়গী চংনরকপা নিয়মগী মতুংইন্না মৈতে নিংথৌদি পাথংবগী ঈ অশেংবা অমত্রু নিংথৌ হান্নী। অদুন্না যলাই অতৈগীসু পিবানা নিংথৌ ওই।

পীক্লবসু লৈবাক অসিদা জাতি তোঙ্তান্না কয়ামুক লৈ। শেল থুম মহৈ • মশিংদা প্রজা পুক্নিং থোগৎনবা য়াইফ সুংতাই পুন্সি লেন্নবা, মথক্ত মথেল য়াম্না জাতিশিংগী মীহুৎ লৈবাক্কী অচৌবা মপু ওইহল্লি।

১৩। পুন্না সাসন তৌমিন্নবা —

পোইনাউভানা লোংদা লাইরেল পাথংবদা শংল্লেন মপু মরুগী য়াথং য়াওদনা করিগুম্বা থবক অমত্তা তৌবা য়াদে হায়না

ভাক্কম্মী । পাণ্ডিতাক অদুগী মতু'ঙ ইন্না লৈঙাক্লোম্না কনাগুম্বা মীশক অমত্তনা মাংলমচৎকী চৎনবী কায়না চৎতুনা আইনগী য়াংমদা মনীং তমহন্দে । নিংথৌ পাম্বা লৈবাক ওইরবস্তু নিংথৌনা য়াবা মীশক, শংলেন মরুগী য়াথং য়াওদনা সাসনগী তত্র পুহন্দে । মরুনা য়াবা মীশক্তা নিতি চরিত্র শেমগৎহন্নি । অসুম্না প্রজানা য়াবা, প্রজানা মপু ওইবা লৈবাক লিংই ।

নিংথৌনা শক্তি লেম্না পাংয়রগা প্রজাগী স্বর্থ শোক্তনি হায়দনা নিংথৌগী শক্তি রায়েন পথাপ অসিনা প্রজাগী খুত্তা শিন্নে । অদুমদি ওইরগা পেন্দবা থৌদোক য়াথোক লাক্লগা নিংথৌনা অমুক হন্না রায়েন পথাপ্পা পীবা শক্তিগী মনুং চন্না বিচার তৌবা য়াই ।

অশেংবমক লৈবাক অসিদা মমাংঙৈদগী হৌনা চৎনরক্লবা নিংথৌদগী লেপ্পা চাউবা নিংথৌ পোংবা ১০, লৈম লুচিং ১০, হৌজিক মতমগী রাইদা হায়রগা তোপ-তোপ্পা লেংদবা সমিতি লৈ । মসি অনৌবা নত্তে, মাংলমচত্তগী হৌনা লৈরক্লবা হীবম অমনি । মরম অসিনা লৈবাক অসিগী খ্বাইদগী চাউবা মপুদি পুন্না সাসন তৌরিবা নিংথৌ পোংবা তরানি ।

মাইকৈ অমরোমদা পোংবা ১০ না য়াবা মীশক নিংথৌনা লৌপুনবা সভাগী লুচিংবা সভাপতিনি । রায়েন পথাপ অসিনা

নিংথৌগী তোঙাম্বা লোয়শং লিংহল্লি। মতোন্দা মশীং লাকপক-প্রবা শক্তি কয়া শিন্নে। নিংথৌনা মশা ভমজবা মতমদা মাগী মথৌ পোংবা ১০, নত্রগা যুবরাজদা শিন্নে। সেত্রেং, কুপত্রেং মতমদদি সেত্রেংনা লৈবাক অসিদা লৈত্রবা মতমদা ময়াম্বুং কুপত্রেংনা নিংথৌ পোংবা ১০ গা রাজাম্বরগা যুগ কয়া লৈঙাকহন্দুনা নিংথৌগী থৌ পুহল্লি। অদুম্না পুম্না পোংবা ১০ গা লোয়ননা সাসন পুখিন্নে।

১৪। বিচার পতি:-

লৈঙাক্লোন আসনা লৈবাক অসিদা রায়েনশং শংক অহুম থোক্না থাইদোক্তুনা লিংহল্লি। মখোয় অদুদি বৌত্তিক মতমগী দরবার, চৈরাপ, পঞ্চাই অসিনি। বিচার পতিদি পোংবা ১০না মহৈ মশিং হৈব মীশক থল্লগা নিংথৌনা হাম্মী। মখোয়গী মপুন্সিদি মখোয়গী মশা-মউ কবা আইম্না য়াবা অদুক অফিস পুবা য়াই।

বিচার পতিগী মথক্তা করিগুম্বা মতমদা মখোয়গী বিচারগী মাইয়োক্তা নিংথৌ পোংব ১০ দা রাকৎপা য়াই। অশেংবদি মসি প্রজাগী পুক্নিং কানবা চৈরাক্নি।

লৈবাক অসিদা তোপ তোপ্পা রায়েনশংসু লিংলম্মী। লৈম কয়েন লুচিংবী লাই লৈম লাইস্নানা নোংদা লাইগী সনাহাকক্তা লোয়শং অসি লিংথি।

---

লৈঙা.ক্লান

১৫। রাজনিতিগী চংজক্ম পীবা ঃ—

মরান লৈবা মীশক চপ-চাবা রাজনিতি নত্রগা করিগুম্বা হৌরম অমগী মীচেন, অদুগুম্বা মীশক লৈবাক অসিদা চংজবা য়ানবা রায়েন পথ'প্না পী। মখোয় পুম্নমক লৈবাক্কী চাউখৎ খোং-থাংগী হৌরম কয়াদা মথৌদাং পুহন্দুনা মখোয়গী পুক্লিগী সুংভাইবা মশক থংহল্লি। খুদম্ [ ]ঃ—

(ক) মৈদিংঙু খোংজেকচানা পাম্বা মতমদা বর্ম্মাদগী লান্দা-রকপদা চহি ১১ খুম্তাকখি। লান লোইরবা মতুংদা মীতোপ থরা লৈহৌই। মখোয় অদু মখোয়গী লাইনিং লাইশোন্দগী ব্রহ্মণ জাতিনি হায়বা থংনৈ। মখোয় যগাই ৭ তা তোপ্পা তোপ্পা লৈহনখি। মসিনা মৈতৈ লৈবাক্তা মীতোপ চংলকপগী অহাম্বনি।

(খ) মৈদিংঙু পেংশিবনা পাম্বা মতমদসু ভারতগী মীতোপ থরা চংলকখি।

(গ) নাউথিংখোংনা পাম্বা মতমদসু ভারত অমম্তুং সান লৈবাক্কী মীতোপ লাকখি।

(ঘ) পুরাম্বাবা মতমদসু চিন্দগী মীতোপ কয়া লাকখি। মখোয় খুদিং মতুংদা মৈতৈ জাতিদা তিনখি।

(ঙ) মৈদিংঙু কোংয়াম্বগী লান লোয়রবা মতমদা লানগী লানকা জেনেরেল অনিথক লৈবাক অসিদা লৈহনখি।

মণিপুর

১৬। রায়েন পথাপকী মাংজিন থাবা থৌবাং :—

রায়েন পথাপ অসিনা "সমাজ নৈতিক চরিত্র" দা পুক্রিং চংহন্দুনা সাসন মুৎথৎনবা তৌবা লানৈ, লৌনহা মীশক লৈবাক অসিগী রায়েন পথাপ্পা মরানগী মতুংইন্না মতৌক থোকপা দগুপী। নৈতিক চরিত্র মতৌক চানা লিংজুনা রাজনিতিগী মডা চেৎহনখি। মীওইবগী পুন্সিদা অচুম্বা পুরক্কুবা শেমগৎ শাগৎপগী অচৌবা লোয়শংশিংদা থৌবুবেলশিংনা রায়েন পথাপকী নিয়ম মতুংইন্না লমজিংই। থৌরাং অসিনা খুৎলায় ওইনা শিজিন্নজুনা মী কাংলুপ কাংলুপ থায়দোক্নুনা ললোনপোৎ মী কাংলুপ ১গুদা য়োনহল্লি। কাংলুপ অসিদা য়াওবা মীশক্লা সমাজগী অমসুং সরকারগী চুম শো পায়। মখোয়না লৈবাকী মকোক থোংবা লিংথোখা রাজনিতিগী চুপ্পি পায়হল্লি।

নিংথৌনা লৈবাক রায়েন পথাপকী নিয়ম নিতি শন্দোক্লা ব্যাখ্যা তৌদুনা প্রজা খংনবা তাকই। নিতি চৎজনা সমাজ অমা মপুম ওইনা লাক্নুনা প্রজাবু লমজিংই। নিংথৌনা থাক য়াংবা কাংলুপ শাগৎপগা লোয়ননা পুন্সিগী মাইকৈদা অচুম্বা পুরক্নুবা প্রজাগী থম্মোই অচংবা মরু ওইরক্কুবা সরকারগী থৌরাং পবেং প্রজা খংনা লাউথোকই। প্রজাগী মরুওগী হৈশিংবা মীশক খল্লগা রাজনিতিগী শরুক য়হল্লি মখোয়দা ফমগী নক্রংগা

থবক্তা ইকায়বা লৈরম্দে। রায়েন পথাপ্পা পীবা দায়িত্ব পুম্বা প্রজানা নিংথৌদা শিন্নে।

১৭। অচুম্বগী চৌকম অমসুং থৌদাং :—

লৈঙাক্লোম্না অচুম্বগী হৌরককম অমদি রায়েন সাসনগা মরি-লৈননা প্রজাগী মথৌদাং ভাকই। লৈঙাক্লোম অসিনা যুগালকৈবাল, শেল থুমগী কিস্তম শেম্মী। লৈঙাক্লোমগী পুন্সিনবা রারোন রাজ নিতিনা থুং-শা হৈবা শিন্নাইবগী মপাঙ্গল হাপ্পী। সমাজগী হীরমদা থুংনাইবশিং পুক্রিং থৌগৎপগা লোয়নবা মথোয়গী অচুম্বা কংকম থোকপা অধিকার পান্দমকমসু ভাকই।

লম্মন খুম্বগী থবক তৌবা মীশক, মীনম্বা কাংবু, লৈঙাক্লোম্ম মথোয়না তৌরবা মরানগী মরাইবক্তা তম্ব দণ্ড পী। প্রজাগী শিংথানিংঙাই ওইবা যুগাল কৈবাল, শেল থুমগী সত্ব পী। লৈ-ঙাক্লোম্না পীবা নিংথৌ পানবা লৈবাক অমগী চৎনবী নিয়ম অসি যাবগা লোয়নবা মীয়ামগী সমাজ শেমগৎপদা নীং-তম্ব রা ঙাংব নীংতম্ব সভা ভিনবা, রাজনিতিগী মাইকৈদা থবক লোম্বা, প্রজা মুংঙাইহনবগা লোয়নবা মথোয়গী অচুম্বা অধিকার, লমচৎ সমগী মথক্তা পাংথোকই।

১৮। রাজনিতিগী অধিকার :—

চহি ১৮ শুরবদি মুপা মুপী খুদিং মাগী মাগী পুক্তিগী অপাম্বা শিনকম রাজনিতিগী যুক্তম ওইরগা মথোয়গী লৈকম, ধর্ম্ম, সম্পত্তি, মহৈ মশিং পুন্নমক শুনা হায়দুনা নিংথৌদা থংহল্লি। অনৌবা মীশক মীরৈবাক মচা ওইরবদি মানা লৈরকপা চহি মশীং, লৈকম তাকই।

অঙাওবা মীশক নত্রবদি মী খুদিং লৈবাক্তী থৌ পুহল্লি। মুপীশিংসু মুপাগী মতোংগুম্না লৈবাক্তী থৌ পুহল্লি। খুদম :— মৈ:তগী লানকম কয়াদা মুপীগী থৌদাং য়াম্না য়াওই। মরৈবাক নীংবী লিম্লোইওম্বী অমসুং মাগী মুপী লাম্মী কাংবু ইতিহাসনা সাক্ষি পী।

১৯। নীং ভম্বা খরা :—

প্রজানা লাইরিক লাইশু ইবা, ফোংবা. মীয়াম তিনবা, সভা যাত্রা চৎপা অসিনচিংবা নীং-ভম্ব লৈঙাক্লোম্না থোরাং তৌদুনা শেম্মী। মীয়াম্না সাসন তৌবা লৈবাক অসিগী মাইয়োক য়াবা লান্দাবা, লুট তৌবা, সাসন্দা য়েৎপা মীশক নত্রগা কাংলুপ মতৌক চানা মশা ডাকথোকচবা ঙম্বা প্রমান পীবা ঙমত্রবদি দণ্ড পী। রাজনিতি মপাঙ্গল হাপ্পগা লোয়ননা সভা যাত্রা চৎপদা

---

লৈঙাক্লোম

থবক শুবা মীশক, নোংমগী চরা তাম্ব' প্রজাগী মথৌনা থৌগৎলি। সরকারনা মরুপ অমদি কা'লুপ লি'নবা দরকা'র লৈবা থবকী থৌরাংস্ত শেম শাই। থৌরাংশিং অ'সিনা মাইয়োক য়াডুনা লৌ-নহ্না মীশক, লানথৌদা থৌবাই য়াওবা, রাজনিতিদা মরান লংজব মীশক লৈহন্দনবা প্রজা মীকুপ্ নাত্তমশিংনা চেকশিন্না লৈৎলি।

নিংথৌ নত্রগা বিচ'র পতিগী হুকুম য়াওদনা কনাগুম্বা মীশক অমা ফাবা য়াদে। প্রজাগী মনীং ত্তমজবা থি'বা য়াদে। মীগী মযুম থুগাইবা, মী অমগা মরি লৈনবা সম্পতি অসিনচিংবা আইম্না ভাকই। লৈবাক অসিগী মকম থুদিং অরোনবা পাউ লৌবা মীশক থাডুনা সরকারগী লোম্নশং অমস্তুং প্রজাগী সম্পতি ভাক-শেল্লি। প্রজানা মযুম কোংবা, মথোম্নগী মুংঙাইগদবা লৈকম খঙবা য়ানবা থৌরাংস্ত শেস্মী।

২০। ধর্ম্মদা নীং তম্বা :—

লৈঙাক্লোন অসিনা ধর্ম্মদা নীং তম্না' চৎপা য়ানব' থৌরাংস্ত ভৌই। অচুম অয়ান মশক থংনবা ধর্ম্মগী স্কুল লিংই। ধর্ম্মদা নীং তম্না ইরাৎ পূজা ভৌবগুম্না কনাগুম্বা মীশক অমনা ধর্ম্মদা থুৎ থিংজিনবা, য়েক্লবা পাউ শন্দোকপা থিংই।

২১। মহৈ মশিং বিজ্ঞান থিজিনবা :—

মহৈ মশিং তম্বদা নীং তম্বগুম অব্যাস চাওখৎনবা স্কুল

লিংদুনা বিদ্যা পাক শন্না শন্দোকই। সাহিত্য শৌরম অমগী বিদ্যা শেমগৎ শাগৎপগী থবক্তা প্রজাগী পুক্নিং চংহল্লি। অসি-গুম্বা চাউথৎ থৌরাং বিদ্যাদা পুক্নিং চংবা মীশক্তা সরকারনা শেলগী নত্ত্রগা মচাক মথুংগী তেংবাংম্নু পী।

২২। মুপীগী অধিকার :-

লৈবাক অসিগী মুপীশিংনা মুপাগুম্না রাজনীতি, মহৈ মশিং মুথাল কৈবাল, পুন্সিগী থাক মাম্নুনা থমবা আইন শেম্মী। জাতিংগী শেল থুম. মুথাল কৈবালগী থাক মাম্নুনা লৈনবা থৌরাং তৌব অসিনা শীম্নাগী শেন্দোং য়াম্না ফংহল্লি অমসুং মথৌদা পুক্নিং চংহল্লি।

থবক শুবগী অনাংবা মতমগী পোত্থাশঙ পী। শোয়বা কৈজেবা অচুম্বা থৌরাংনা থবক তৌবগী মতম সরকারনা শন্দোক্লা প্রজাদা থংহল্লি। থবক তৌবা মুপা মুপীশিংনা থবক্তগী পে থাব মতমদা মশোয়গী মশা মউ ফনবা থৌবাংসু তৌই।

২৩। তেংবাংনবগী কান্নবা :—

অহল্লু ওইরবা মতমদা নত্ত্রগা মশা নারবা মতমদা থবক তৌবা কর্মচারীগী মতেং পীনবা, মচাক মথুম পীবা শোয়বা য়াত্রবা থুদোংচাত্রবশিং তুং কোইনা পীবা ওম্নবা সরকারনা থৌরাংসু তৌই।

লৈশ্চারোন

দেশকী লুচিংবা, মরৈবাক নীংবা, মখোদা মথৱাই কৎলবা, মতৌক মখোনা লৈবশিংদা অহল ওইবক্রুবা, থবক ভমজ্রবা মতমদা সরকারনা তৌবীমল খংবা উৎতুনা মমিংতা ওইরবস্থ শেলগী নত্রগা পোৎ চৈগী ভেংবা পী। থূদম :—

(ক) মৈদিংগু লাবন্যচন্দ্রগী মজা ইবুঙো অমদা মশাগী মরৈবাক নিংবা, রাজভক্তি লৈজবা, দেশকীদমক মতৌক মখোনা ফুংদাক্লু-না মথৱাই কখোকপগী থুমখাং খরা মনা ওইনা পীখি। হৌ-জিক পঞ্চাই মপাগী সানাখ্বা ইবুঙো রাজকুমার বাসুদেবনা শি-জিন্নরি।

(খ) পাউনমচা ব্রজবাসিদস্থ মাগী মমা লৈবাক নীংজবা থো-দোক খরগী তৌবীমল খংবা উৎতুনা লৌচা পীখি।

২৪। <u>খুদাংথিবগী অচুম্বা রাকৎ :—</u>

সাসন পূবা কনাগুম্বা অমগী মথক্তা মাগী মথো মশক খংদবা আইন রাংমা লান্না চৎপা, নত্রগা মশাবু মশক খংদ্রবা মীশকী মথক্তা অনকপা রাযেনশং অমদা জইবা নত্রগা চিন্না কায়দুনা রাকৎপা য়াই। কর্ম্মচারিনা সরকারগী লন মাংহন্না, প্রজাগী মরল মাংহন্না, অম্যাংব হ জ্ঞমবা থোরাংস্থ তৌই।

২৫। <u>অচুম্ব থবক্তা</u> কৌফম :—

লৈবাক <u>অসিদা লৈবা প্রজাশিং মখোয়গী মথৌ সরকারনা</u>

মণিপুর

ভাকুনা লমজিংই। প্রজানা লৈঙাক্লোয়া পীবা থৌ পুন্নমক পাং-থোকই। মথৌনা লৈবা, শক্তি লৈবা মীশক সরকারনা মীপুংশি ফোংদোকই।

দেশ অসিদা লৈবা প্রজা পুন্নমক লৈঙাক্লোনগী নিয়মা পুল্লি। নিয়মশিং অসিনা সমাজগী থৌদাং, হায়বা ইন্না হৈথোই-শিং-থোইবা থবকী মীশক ওইহল্লি। লৈঙাক্লোয়া প্রজাগী সম্পত্তি মশক শেংহল্লি; লৈবাক প্রজাগী হৈথাই-থিঙ্গাইবা থিংই। থবকী শীনফমগী নিয়ম ভাকপা মরম্না প্রজানা মশাগী থৌদাং পুত্না মশাগী সম্পত্তি ভাকই। মথোয়না আইম্না পীবা থৌগী মতুংইন্না সরকারগী থাজানা পুত্লি। মমুম লৈবাক ভাকপদা প্রজা পুন্ন-মক অরোম্বা থৌদাং পুই। খ্বাইদগী চাউনা ইকাইখুম্নবা থবক্তি লাম্মীগী থবক তৌবনি।

২৬। অরোম্বা সম্পত্তি কেপ্পা থিংবা :-

লৈবাক অসিদা নিংথৌদগী হৌনা কনাগুম্বা মীশক অমত্তা অহেম্বা অরোনবা সম্পত্তি থম্বা য়াহন্দে। মরম অসিদগী লাইরক চম্না লৈখ্রবা নাউফংবা সনা কাক্কুগী হৌনা মজাইবুংঙো থোং-লাম্ব নোংইন ফাবা শরীক লৈথম্বগী ঈনা মথংশিংনা য়েংথোম, কৈথেল্লাকপম, খোইরোম, বাইরোম য়ুম্নাক ওনখি। মতৌ অমুম্না নিংথৌরেল খুদিংগী য়ুম্নাক ওনখিবা শীংথাহুনা লোইবা নত্তে।

নিংথৌ পোংবা ১০ না চৎনব-লুত্তিন কায়না তুংলমচত্তা লৌনঅ- লৈনবা তৌফমবা হায়ডুনা যনাইদি নিংথৌজা ওইহনখি। মখোয়গী কাংথল, ফিদা মশক নাইনা ভাকুনা প্রজা থহল্লি। যনাইরেনগী কম্পাইবশিংনা মাংহৈদবা নিংথৌ সানা ঈনি থংনবা বিদ্রোল থাজ- ডুনা য়ুমলেপ চার লিংনখি। গরীবনীৱাজগী তুংদা পল্লকপা নিংথৌশিংনা খুদোংথিবা কয়া মাইহোরবসি কোক্লুবা লম য়েম্ব চৎনহনখি।

২৭। লান্দাবা হাজা শান্নাকপা ফিংবা :—

লৈভাক্লোম্না য়ুমলোম্নবা দেশ অমদা লান্দাবা থিংই। কন্নি- গুম্বদা লাম্মেংনবা থোকপা, লান লোইরগা মতুংদা অমুক হন্না থোক্তনবা দেশ অনিগী মরৈ মশীং, শেল থুমগী তেংবাং পীনডুনা লৈবাক অসিগী রাংয়েন মীকৌহল্দুনা মিত্ররাজ ওইনা লৈমিন্নে। খুদম :— মৈতৈনা লানফম কয়াদা মায় পাক্লবস্থ লৈবাক অডু মথা পোথা দেশ অংগুম লেংডুনা থক ৬৫ লৈখিদে। মডুগী মতুত্তা লৈবাক অডুদা রাজনিতি কুতনিতিগী মীওই থমখি।

২৮। শিনফম লৈতবা শিনফম ভাকপা :—

চাহি ১৮ তবু শুববদি মুপা মুপী কাংলুপ অনিমক সবকারনা মখোয়গী শিনফম লমজিংই। সরকারনা অথম্ববা শিনফম কয়া সরকারগী অমদি প্রজাগী য়েংডুনা খুল্লাগী অথম্ববা মফম অমদা

শিন্দমশঙ লিংই। খুদম :—

১। সুপা কাংলুপকী খুৎনা শাবা পোৎ চৈ, য়ুম্বায়দা চংবা মচাক মথুম, খুৎ হৈবগী বিত্যা ভম্বী।

২। লৈবাক ডাক-শেম্বদা চংদবা য়াত্রবা থাং তা মতৌক চানা বিদ্যা ভম্বী।

৩। কৌউ বিত্ত খোনৌ তানবা উমংগী পোথেক হীদাক লাংথক শেম্মা অসিনচিংবা অশোক - অপন খোক্লকশী অকংনবা লাইয়েং কয়াগী বিত্তাস্ত ভম্বীরম্মী। মখোয়বু হায়বা ইনবা থকশি থাশি নাইতনবা, মতৌক মখোনা হাপতুনা লমজিংইবা ওঝাবু পাথং লাকই হায়দুনা পাথং লাকপা কৌই। লমচেনবা মীশক য়াওনকপা অনকপা বিচার লোয়শঙ নত্রগা খুন্নগী চৌকিদার তাকুনা রারকহল্লি। পাথংগী শিনফম লোয়শঙ অসিবু পাথং ফাল কায়না কৌই। মখোয় মশেন মথং মনাও নাইনা থল্লগা ইংং থোনা রা ডাংবা ভয়বা এ-সেমগ্রীস্ত লিংহল্লি।

সুপী কাংলুপকীনা কিশা লোনশা, ঈশৈশ নোংমাই বিত্তা ভম্বী। লৈবাকী নোংমগী শিজিম্নবদা চংবা পোৎলম খরগী বিত্ত স্ত ভম্বী। মখোয়বু লমজিংবা ওঝা ওাপ্পী। মখোয়গী তিনফমবু লৈশং ফাল কৌই। মখোয়না জাতিগী থৌ লাকপা মতমদা পাথংবু মখোনা হাপ্পা ঈশৈ শকই। [মখোয়গী লমচৎ শাক্তৎ

শেম্বীবা ওঝাবু নিঙোল লাকপা কৌই। কনাগুম্বা মীশক অমত্তা লম হেম্না শিন্দম শঙদা লৈরিঙৈদা ওঝাগী য়াথং য়াওদনা উনবা য়াদে। অথুবা অরুবা হীরমগী নিঙোল লাকপগী য়াথং লৌরগা কোংনা উনহল্লি।

মুপী খুদিংমক মশা ঙাকথোক্লবা থাং তাগী বিত্তাস্থ তম্মী। মত্তৌ অসুম্না মশা মরোমদোম হিংজনবগী বিত্তাস্থ তম্বীদুনা মীপান তাংদনা মথৌনা লৈবা মীশক ওইহল্লি। মহে মশিংদা মপুং-মরৈ ফারবা মীশক্তি ষ্টেটনা শেলগী নত্রগা মচাক মথুমগী উপাইস্থ পী।

চহি ১৮ মপুং ফারবা মীশক খুদিংমক মহে তম্বা লোইরগা নিংথৌদা মথোয়গী শিনফম, বিত্তা অসিনচিংবা ইত্নুনা শক তাকই। মুপা খুদিং নিংথৌনা লৈবাক অসিগী নাগরিক অধিকার পী। মথোয় খুদিং লুপ্লাকপদা শিন্নদুনা লৈবাকী থৌ পুহল্লি।

মুপীগীস্থ মসিগা চপ মান্নৈ, অহুম্নদি ওইরগা থোইদোকপা য়ুম পানবগী চংদবা য়াদবা পুন্সি ওইবনা লৈবাক্কী থৌ লাক-ত্রিঙৈ অদুক নিংথৌ থৌদা পীদে। অল্লাগী লানফমদা লিম্হোই-ঙম্বীনা লুচিংদুনা লৈবাক অসিগী অথন্নবা মুপীগী থৌদং পুথোকখি।

২৯। সরকারগী সম্পত্তি মাংবা হঞ্জিনহনবা :—

কনাগুম্বা মীশক অমত্তনা সরকারগী সম্পত্তি মাংহনবা য়াদে।

কর্ম্মচারীনা মাংহনবা ওইরবদি মাগী থাগী নক্রগা চহিগী শেন্থোক অত্থুদগী অমাংবা পোৎকী মমল লেপ্পগা চহি মশিং লেপতুনা শিংথ হায়বা খংদনা অপিকপা। শেনকম অমা সরকারনা কক্লগা অমাংবা হুক্লিনহল্লি। থুদম :—

—লোয়াঙ্বনা লৈবাক অসিদা লৈবা মীশক অমত্তুনা মাগী পুক্কম থোকপা চহিগী থাক্তনা তোনবা য়াহন্দে। থাক্তনা তোনবা মীশক মাগী লৈক্তব' পে'ৎ-চৈ, কি-রোন নক্রগা মশানা নোমজতুনা ফক্কম থোকপা পোৎথোক—মনামশীংনচিংবা অত্থুদগী থাক্তনাগী শেনকম পোৎ শুটনা লোই। নিংথৌনা হায়, নিংথৌদি লৈবাক প্রজাগী সম্পত্তি ওাক শেন্দুনা লৈবাকী সম্পত্তি পাটে প্রজাগী মাংশিংবা সম্পত্তি পোমগৎপ নিংথৌগী মথৌনি। মতুনা শেলগী মচুক্ত পোৎথোক্রা থাক্তনাগী চাং লেপ্পগা অমাংবা সম্পত্তি শিংব য়াহনবা নিয়ম অসি পুথোকখি।

৩০। তেংবাং ফুরুপ লিংব :—

লৈবাক অসি পাক শন্না তেংবাং-মরুপ লিংনবা লৈঙাক্লোম তামিন পীতুনা লমজিংই। মরুপ অসিনা লৈবাকী শান্তি রক্ষাদা থুইদগী চাউনা শরুক য়াই। মরুপ অসিবু লমজিংনবা মচৈ-মশিং হৈবা মীশক লম লমগী সরকারনা খন্দুনা তেংবাং মরুপকী কান্নবা ব্যথা তোই। অসিগুম্বা সরকারগী থৌদাং য়াবা মীথেই মীচনবা মীশকপুম্ব লুপ্পাকপা কৌই।

লম লমগী ওইনা লৈকাই কয়ামুক থাইদোক্লুনা প্রজা মশেন চায় চিয়না লৈমিয়নবা অমদি লৈকাইগী অরা মুংঙাই থোক্লকপা থৌদোকশিং পূম্ন দায়িত্ব পুমিন্নৈ। লৈকাইগী মী শিবা নত্রগা য়ুমলৈ কৈরৈ মতৌক চাত্রবা মতমদা শিয়িবা ইমুংগী নত্রগা ময়ুম লৈত্রবা মীশক্তী অরা-অমা পুন্না পুমিন্নতুনা শেলগী এৎত্রগা প্যাজলগী তেংবাং পী।

য়ুম লৈজদব মীশক লৈকাই হৌনা যুম শাবী। মথোয়গী খুৎশুমম কথোকপগী লমচৎনি। বিজ্যা শুনা হৈবা লৈকাই মরুপ্পা লৈবাকী শান্তি রক্ষাগী অচৌবা থৌদাং য়াদুনা লৈবাক অসিদা লৈজ্ঞ লাইর মশক খংহন্দনা য়াতেপ্পী।

মরম অসিনা লৈবাক অসিগী সরকারগী লমচৎ তেংবাং মরুপকী লমচৎনি। লৈবাকী অপুনব সভাদা য়াওবা য়াবা মীশক্তি লুপ্পাকপা নৎত্রগা মানা য়াবা মীশক্তা পোংবা ১০না চাংয়েং তৌরগা মথোয়গী অয়াবা মীশক্ত লৈবাকী মীহুৎ ওইহল্লি। লুপ্পাকপা তদস্ত সমিতিগী অহানবা হৌকম মকওইবা শকল্লি।

৩১। সরকারগী হুকুম মানিদবা মীশক দণ্ড পীবা :—

সরকারগী হুকুম মানিদবা মীশক অমত্তা লৈবাক অসিদা লৈবা য়াদে। মথোয়গী দণ্ড সম্বিধানগী নিয়মশিং অসিগী মরক্তগী অপাম্বা অমা মশানা য়ানিংনা খনহল্লগা দণ্ড পীহল্লে।

খুদম :— গরীবনীৱাজগী মতমদা নিংথৌগী খাইদগী চাৎনা কন্নাইবা অমা লৈরম্মী। মহাক মপুন্সি চুপ্পা যুম পালোই হায়না লেপখি। লাইগী নোংময়দগী নোংমা সানা কোন্নুংদা অঙকপা পাউ অমা য়ৌরকখি।

মোমনু কৌবা মশক মতৌ ফজবা নুপী মচা অমা লৈ। মহাক্না শকপা ঈশৈ তারুরবদি মাগী নাক্কগী লৈথোকপা য়াদে। খুল্লাগী লৌরোকপা অমদি লৈকাইগী হৌরম অমদা মহাকপু নেক্কৈ। মাগী ঈশৈনা খুল্লাগী পাথং লৈশাবী মথৌদা মরিংজেন হেক হেক হাপ্পী। রাকম অসি চাংয়েং তৌরুনবা নিংথৌনা কন্নাইবা অসিদা য়াথং পীখি।

নিংথৌ য়াথং পুরক্তুনা কন্নাইবা মোমনুগী ঈশৈ তাবা চৎখি। কন্নাইবা মোমনুগী ইশৈ তারুবদগী সানা কোন্নুং কারকউ হায়বা য়াথিজ্রে। নুপী মচা অদুগা পুন্সি লৈপুন ওইজগে হায়না নিংথৌদা হংগৎলে। গরীবনীৱাজ হায়নিংঙাই লৈতনা নুংঙাইরে। লাইবকথিবদি লোন • লৈনবা য়াদবা মীশক ওইরম্লদুনা নিংথৌনা অনিমক্তা থেমখি। কন্নাইবা মোমনু অনিমক, নিংথৌ য়াথং মানিদবদগী লৈবাক অসিদগী সংবিধান থুগাইবগীদমক তান্থোকখি। গরীবনীৱাজনা মাগী নুংশিবা কন্নাইবা অদুনা পান্না লৈবাক থনহনখি। মথোয় কবোদা চৎখি। নিংথৌনা মথোয় অনি মনিপুর রাংমা কাওবা থিনবীখি।

লৈরেঙাক্লোন

লানশোম্বীগী লমহাংদা মোমনুনা য়ারে পে,খাবা
শাবী লাও লাও চৎশি লাও, মাংদা থারয়াও।
ঈশৈ অসিমক খোদোক অচুগী য়ারীনি।

৩২। মীথল :—

লৈবাক অসিগী নিংথৌনা লৈত্রব মতমদা মহাক্না মাংজো-নগা মীহুৎ পীখ্রবা যুবরাজ্জু সংস্কার তৌগ্রিটৈ মমাংদা লৈবাক থংনা নিংথৌ পোংবা ১০ না লাউথোকই। লৈবাক্না নিংথৌ শক খংলবা মতুংদা সংস্কার তৌই।

মতৌ অসুম্না শবোইগী খৌ পুবা কম্ন'ইবশিংস্ব হেক শিবগা নিংথৌ পোংবা ১০ না মতাকী যলাইগী মভীক মথোনা লৈবা মীশক অমা অমুক থুনা খৌ পুহল্লি। মভীক মথৌনা গুণগী মতুংইন্না থা অহুম লৈবগা পেংবা ১০ না শক থংই; অসুম্না লৈবাক থংনা লাউথোকই।

---

# মরিশুবা শরুক

কৈৰাক শেয়রশী মতং মতৌ :—

অপুন্বা সভানা লৈবাক্কী মপুনি নিংথৌ পোং ১০ শরোই ৬১

লৈবাক অসিগী থুইদগী চাউবা রায়েন সংসনগী মপুদি জাতিগী অপূন্ব সভা নিংথৌ পোংবা ১০, শরোই ৬১ নি। শরোই রায়রগা মতম্ব খংনৈ, নো মবু মতম ৬১ থোক্লা থায়দ ক্লগা শরুক অমবু লাই অনৌবা পুহুনা থাকই। লাইরম্নেনগী চৎনরোল মতুং ইন্ন ফমথৌ ৬১ হংপ্লী। অপূন্ব সভাগী মশাংনা ৬৪ নি। মরম অসিনা জাতিগী অপূন্ব সভ না লৈবাক্কী থাইদগী চাউবা সাসনগী মপুান।

সভা অসিনা লেজিসলেটিভ, এক্সিকিউটিভ, কন্সটিটুয়েন্ট, ইলেক্ট্রোরেল পুন্ন পুই। মথোয়গী মথৌ য়াম্মী। সভাগী সভাবতিদি নিংথৌনি। মেম্বরশিংনা পুন্ন দায়িত্ব পুম্নৈ। সভা অসিনা আইন শেম্মী। মসিনা সরকারগী অফিসার ফম হাপ্পী,

লোথোকপস্থ ওম্মী। শা লান অমদি লৈবাক অমগী চহিগী খরচ, চহিগী আই, খাজনাগী চাং সভানা লেপ্পী। প্রদেশশিং কায়বদি যলাই লৈবাকশিং অকরবা লমগী লমথৈগী মরমদা য়েংনবা লাকপা রাথোক পুন্নমক সভা অসিনা বিচার তৌই।

অপুন্ন সভানা প্রদেশশিংগী লমথৈ লেপ্পা। সভানা মথোয়গী মথৌ পাংথোকপদা মতৌক চানা শক্তি শিজিন্নদুনা লৈবাক প্রজা লমজিংই।

<u>করম্না সভ অসি লিংই ?</u>

তোঙান তোঙান্ন জাতিনা তিল্লবা অপুনব লৈবাক অমা শাগৎপদা চংবা মচাক মথুম, প্রজা কানবা আইন শেম্নবা লিংব সভানি। সভ অসি চাং ভমগী মীহুৎনা শেম্মী। আইননা য়াদবা মরান লৈবা মীশক নত্রগা অঙাওবা মীশক নত্রবদি মশাগী চহি ১৮ বু শুরবদি মহাক্কী মতৌক মথোনাগী মতুংইন্না সাসন কেন্দ্র অসিদা লমথৈ ১গী মীহুৎ ওইবা য়াই। মীহুৎশিং অসি মাগী মাগী হৌকম শাৎকম মতুংইন্ন কাংলুপ খায়। সভা অসিদা মেম্বর মশীং ৬৪ থক লৈ। মথোয়গী মপুন্সিদি মশানা রাজনিতি নত্রগা সরকারদা মরান লংজিত্রিবা মতম অহুক মশা করযদি লমথৈ অমগী মীহুৎ ওইবা য়াই।

সভা অসি লৈবাক্কী রাথোক লাকপা মতমদা নিংথৌনা কৌই। সভা অসিগী নায়ৌত্ব চাউবা অকিসার কয়া লৈ। দেৱান লাম্মী মকোক, বিচারপতি অপূনবা সভা ফম্মদা য়াওহল্লি। মখোয়না সরকারগী থৌরাংশিং মিৎ-না শিংনা পাংথোকই। সভাগী মীশিং য়াম্বনা আইন শেম্মী। অপূনব সভানা রাজ্র-বদি নিংথৌ কাওবা লৈঙাক্লোম্ম পীবা নিয়মগী মতুংইন্ন মফম লৌথোকপা য়াই। খুদম :—নাউথম্বপা নাউফংবগা নিংথৌ খুভম গী য়েৎনরকপদা মৈদিংঙু নাউথংবনা শিরমদাইদা চহি ৫ দা ডাইরিবা মজা ইবুংঙো যুবরাজ নাউফংবদা নিংথৌ খুভম পীনিংথি। পোংবা ১০ না য়াদবদগী মনাউ ইবুঙো নাউথম্বগা লাই সাক্ষি য়েংননবা মবুথৌ ঙাঙোই য়োইমোংবগী থুপকম হিদেম্দা ঈরুপ্নথি। নাউথম্বনা লাই রায়েন চুমডুনা নিংথৌ খুবম ফংথি।

সভা অসিগী লেংদবা সমিটি কয়ামুক লৈ। সমিটিশিং অসিগী মম্নংদা শেলথুম, রাজনিতিগী সমিটীনা খ্বাইদগী চাউই। সমিটি মেম্বরশিংনা মরি লৈনবা সমিটি মিটিং তৌডুনা অপূনবা সভাদা মখোয়গী রারেপ পুথোকই। মখোয়না মখোয়গী রারেপ ব্যাখ্যা তৌডুনা সভ না য়াবিনবা হায়জৈ।

দেৱান, বিচারপটি, লাম্মৈগী মকোক লৈবাক্কী মীহুৎ নত্তরবস্থ মীফম অসিদা য়াওহল্লি। সভাগী মীফম লৈতবা মতমদা লাকপা

---

ৱাথোক মাইয়োক্লতুনা সমিটিনা মরি লৈনবা সরকারগী লোয়নশঙ-শিং লমজিংই। সভা অপুনবা জাতিগী সভা ওইবা মরমনা সরকার লৈরকপদা সাসক কর্ত্তা নিংথৌ, মন্ত্রি, দেৱান পুন্না হৌরম অমগী অরোধ মীফম তেংতুনা ৱারেপ লৌবা য়াই। মথোয়না অচম্বা মীশিং কেনবনা খুৎ থাংলৎতুনা আইন শেম্মী, বিল পাস তৌই। লৈঙাক্লোন শেমদোকপস্ত মীশীং চেন্বনা অৱাং অপা মেনখৎতুনা চুমথোকই। অপুনবা সভা চহিদা অনিরক ফম্মী।

শক্তি অমসুং মথৌ :—

লৈঙাক্লোম্ন অপুনব সভাগী শক্তি মশীং লাকচমদনা পী। সভাগী মীশিং কেনবনা আইন শেম্মী। মপুম ওইনা লৈবাক অসিগী মপুদি অপুনবা সভানি। সভানা মমাংদৈদা ভাখিবা ৱারেপ, হয় শেমদোকপা য়াই। লৈঙাক্লোম্ন পীবা আইম্ন প্রজাবু পুনবা অসি লৈবাক্কী মকুনি। মন্ত্রি দেৱান মেম্বরশিংনা চংবা য়াহং খুদক্কা পীবা ভমদ্রগা মরি লৈনবা সমিটিনা মথংগী মীফমদা পীহল্লি। সভা অসিনা নিংথৌগী মহুৎশিনবা য়াবা মীশক যুবরাজ থল্লি। কাউন্সিলগী মকোক নিংথৌনা য়াবা মীশক সমিটিনা পরিক্ষা লৌরবা মতুংদা পাপ্পী।

সভা অসিনা নিংথৌ মশাগী মহুৎশিনবা য়াবা মীশক মাংলোনবা পীহল্লি। মহুৎ অসি নিংথৌগী ঈ ওইগনি। নিংথৌনা

মীহুৎ পীরবা মতুংদা সভানা যুবরাজ কম থিন্নোকই। জাতি ভাক শেনবগী থবক পুবা, বিচারপতি সভানা থম্লগা নিংথৌনা হাপ্পী।

নিংথৌ, যুবরাজ, মেয়াল, বিচারপতি ভাক শেনবগী থবক পুবা মীশক মরানগী মতুংইন্না সভানা কম লৌথোকপা য়াই। সভা অসিনা জাতিগী শেল থুমগী রাকৎ লাকপা, থম্বপা রারেপ লৌই। সভানা শা লানগী রাহং লাকপা, সভাগী শক্তি শিজিন্নদুনা রারেপ লৌবগী শক্তিসু পায়।

শগুলেন মক নিংথৌ পোংবা ১০ না জাতিগী অপুর সভানা মখোয়দা শিন্নবা শক্তি চেৎনা পায়। মখোয়না সভানা তাখিবা রারেপকী দায়িত্ব পুই। জাতিগী সভা মন্ত্রগা লেংনবা সমিটিগী মীকম লৈভবা মক্তমদা লাকপা রাকৎ থোইদোকপা রাহংগী থিজিন্নবগী থবক নিংথৌনা মীহুৎ পীবা ওন্মী। অস্ম্না শক্তি থাইদোকপগী থৌরাং লৈঙাক্লোন্না পী। মরম অসিদগী জাতি ভাক শেনবগী সভা লিংথি। সভা অসিনা লৈঙাক্লোনগী আইন সাসক কর্ত্তাশিংনা শক্তি শিজিন্নবা কুপ্না য়েংই।

আইন শেম্ব :—

মেম্বরশিংনা লমগী থেন্নবা থমদনা সাসনগী মচাক, শেল

থুম শাক্লবা উপাই কয়ামুক পুথোকই। মখোয়না মীওইবগী লমচৎ শাজৎ পুম্নো মৌনা শেমদুনা প্রজা মশেন ভেংবাংননবা রাখলদা কেন্দ্র ওইরগা লৈবাক্কী রাজনীতি শম্নোকই।

জাতিগী অপুম্ব সভাদা লেংদবা সমিটি, নিংথো যুবরাজ মন্ত্রিশিংনা মখোয়না পুবা থবক্কী চাউখৎ থৌরাং শেল্ থুম মন্ত্রগা আইন ওইনা চৎনব্রিবা রাকম হায় হায়দুনা রাহোদোক কয়া পুথোকপা য়াই। মেম্বরশিংনা পুথোরকপা রাহোদোক পুম্নমক নিংথৌনা মরি লৈনবা সমিটিগা থম্নরগা রাবেপ লৌই। থম্নখ্রব রাকম হয়া পুথোকহন্দে। দরকার লৈবা আইন কানুন, অচম্ব হৌরম খুৎ থাজৎদুনা পাস তৌই। অসিগুম্না সভাগী য়াথং পীরবা রা:রেপ নিংথৌনা চৎননবা লাওথোকই।

সমিটিশিং :—

সভাগী মতেং পাংনবা অপীকপা সমিটি কয়মুক লৈ। মখোয় অহুদি :— ১। মীতোপ মীয়ান চংলকপা সমিটি।
২। শেল থুম, আইন শেম্বা সমিটি।
২। চাগা চাদিং হীসাব তৌবা সমিটি।

অপুম্ব সভা লৈত্তবা মতমদা সমিটিশিং অসিনা লেংদবা সমিটীদা মতেং পাংই।

মণিপুর

সমিতিশিংগী সভাপতি, উপ সভাপতি মেম্বরশিংগী মরক্তগী খল্লি। মরি লৈনবা সভাপতিনা সমিতি মীকমদা সভাপতি ওই। জাতিগী লেংদবা সমিতিনা, সমিতিশিংনা পীথৎলকপা শেলগী নক্রগা আইনগী রাকম খুদিং মীৎয়েং চংই। সমিতিশিং অসিনা প্রদেশ, অপীকপা লমথৈগী সাসন শোয়দনবা আইনগী পরিক্ষা লৌই।

১। শেল থুম, আইন সমিতি ।—

সমিতি অসিনা অপুব সভাদা য়াথুবা সাসনগা মরি লৈনবা আইন, লৈশাক্লোনগী লৌরককম তাকই। লেংদবা সমিতিনা শেখা আইন কানুন, মচুগী তৌফম পরিক্ষা লৌই। লেংদবা সমিতিন য়াচুন পীরকপা আইন চৎনবা ঙমগ্রবা মতমদা সমিতি অসিনা মাংজোননা শেম শাচুনা অপুব সভাদা পুথোকই।

২। চাগা চাদিং সমিতি :—

সভা অসিনা লৈবাকী সাসনগা মরি লৈনবা শেল থুমগী পীরক্ষা লৌই।

৩। তদন্ট সমিতি :-

সমিতি অসিনা অপুব সভাগী অচৌবা মীকমদা মেম্বরশিংগী লমচৎ শাজৎ, গুণ পরিক্ষা তৌই। জাতিগী একতা কাইদনবা মিৎয়েং চংই। সমিতিনা য়াদবা মীশক সভাগী মেম্বর ওইবা

য়াদে। সভাগী গুণ সমিতি অসিনা থৌগৎলি। ময়ম অসিনা সমিতি অসি লৈবাক্তী মরুনি।

সমিতি অসি লেংদবা সমিতিগী ভেংবা'নবা লিং'ই। দরকার লৈতবা মতমদা লেংত্রবা সমিতি নত্রগা অপুম সভানা অমুক মুথৎপা য়াই।

---

## মতাশুবা শরুক

নিংথৌ পোংবা ১০

লেংত্রবা সমিতি :—

মী ওইবনা মিংচৎ লৈনা তৌরুবা থবকী পুক্নিংদা অনুতাপ লৈতনা চেকশিন্না লৌশিং তানশিন্ন, অক কত্ত মশক শেংনা তাকপা অহৎশুম্না ইকাইনিংঙাই লৈতবা থবক অদু তৌরগা অপেন্ন ওইবা, মীয়াম্বু সত্ত গুণম্বী অচেৎপা লিচৎ শাজৎ শেম্ম মী ওইবগী অকবা থবক্তা মাইপুনহনবা, মশাগী মশক মশানা থংহনবা, প্রজাবু ..মজিংবা তোমুথিন ভাব সভানি।

সভা অসিনা মীয়াম পুক্নিং লাকশিন্দুনা মখোয়গী মথৌ ভৌহন্নগা লোয়ননা ভুংলমচৎকী মহৈস্ত উবা ঙমহল্লি। মশা মউ ফংনবা, অনা অয়েক্কী হিদাক লাংথক পুখোকপা, মহৈ মশিং ওহ জ্ঞান তাকপা, অকবা থবক তপস্যাগী মহৈ হায়বদি লান-ঙমদবা; ফংঙমদবা ,চৎঙমদবা অমদি ভৌঙমদবা পুম্নমক অসি পাংখোকপা ঙম্নবা লমজিংই।

ভুংলমচক্তা মী অমনা মানা ভৌরুবা থবক্কী চাক্লগদবা মহৈ অদুস্ত কাউবা লৈত্তনা নিংশিংদুনা থকসি থাসি থংবা রাজাং ফজব। শিজিন্নদুনা অকবা থবক ভৌনবা অভৎপা লৈত্তনা পাউতাক পী।

অচুম্বা ঙাংবা, ভুংগী য়েংনা থবক ভৌবা, অখোইবা জ্ঞান ধর্ম্ম, মীহৌবগী ফজ্রবা ফল, অক-ফণ্ড মশক থংবা নিংথৌ অমস্তুং প্রজাগী গুণ কপ্পা মতৌক চাউবা সভানি। নিংথৌনা মাগী শক্তি লান্ন শিজিন্নবা, ধর্ম্ম কায়না চৎলকপা মতমদস্তু মানা পায়বা শক্তি অদুমক্তা মশাবু চৈরাক পীহন্নবস্তু সমিতিগী লৈ। সমিতি অসনা অয়োনবা সম্পতি ভুশিনবা নত্তবা উপাইনা শক্তি শিজিন্নরকপা কুপ্না মিৎয়েং চংই।

সমিতি অসি লৈবাক্কী মকোক থোংবা মীশক সাসক কর্ত্তানা আইনগী রাংমা লাম্না থবক ভৌবা য়েংবা অপুনবা সভাগী শক্তি

পাম্নবা সভানি । সাসক কর্ত্তাগী লমচত্ত ভে'মখিন থবক তৌই। অতুম্নদি ওইরগা নমিত্তিনা তৌবা থবক খুদিংমক নিংথৌগী মি'দা তৌই ।

কবম্না শেম্মী ?

লাইরক চম্না লৈমুবা ইবুধৌ কুপত্রে', সেপ্রেং মতাংদগী হৌনা চৎনরকপা নিয়ম মতু ইম্না শঙলেন মকনা লুচিংদুনা শেম্মী । নিংশিংবদা উবা ঙম্বা নো'দা লাইরেন পাথংবগী মতমদা পোই-নাউত্তানা নোংদা লাইগী মকমদা পাউত্তাক পী । লৈশেম মু'শেম ম্নাওবা মীরম্নেনগী মীথে'ই মীহৈনবা যুগ কয়া পুম্নিবা মক-ভাক্লথা মরি'বা কৌকরগা নোংদা লাই পাথ'বদা শিম্নৈ । লালবা ঙম্বা অহনম্ন শ'লেন মক হাপথি । পোইনাউত্তানা নোংদা লাই পাথংবদা অহল অনিগী ম্নাথ' ম্নাওদনা লৈকাই পোইবা, নিংথৌগী ননিং তক্ষ:দে, মা'লমচকী চৎন লুত্তিন কাইফংরোই, মসি হেক কাইবদা তুংলমচত্তা অকাইবা লাকনি হায়না পাউমেনখি । চী'ঙ্ পোইনাউত্তাগী ম্নারা মতুংইম্না নো'দা লাই শ'লেন মকগী ম্নাথং ম্নাওদনা কবিগুম্বা থবক অমত্তা মরম্নাই পাংথোকখিদে ।

লাইরম্নেনগী চৎলম লুত্তিন্দ মুক্ষম ওইরগা শ'লেন মরু, বলাই ৭ কী নি'থৌ পীবা থল্লগা পুম্না নি'থৌ পো'বা ১০ লেংদবা

সমিতি শেম্মী। নিংথৌ পানবা প্রদেশকী নোংঙম্ব পীদুনা লৈরাক বায়েল্লি। মরুম অফিসরগী যলাই খুদিংদা কমথৌ ৬৪ লৈ।

নিংথৌ পোংবা ১০ না ফৌজিক মতমগী অপ্পর হাউসকী থৌ পুই। শংলেন মরুনা নিংথৌ পোংবা ১০ গী অপুনবা সভাদা নত্রগা যলাইগী চৎলম লূতিন কাইদনা থম্বা তোপ তোপপা ফিজেৎ লৈতেংনা মথোয়গী গুণ হাপ্পী।

মৈদিংঙু খুংয়াই তোম্পোক্না পানবা মতমদা মরু তাকুংনা মবিংনা ময়ুমং ৭ লুচিংবা কংলৈ পীবাগী ফিংবোন মচু তাকখি। কংলৈ মপু পীবনা শংলেন মরু মপুংশং, শমজিন থক্তা মচু ৭ কী পজেং ৭ থেৎখি।

১ কংলৈ মপু পীবাগী কোলোকথক্তা পংজং ৭ কী ময়াইদা লুমিংলৈগী মঙং লাক, লুমিৎকী শরুমলো সনানা লৈংত্রং শারগা না চাম ফিরন থেৎহনখি।

২। ময়ুম লুবাং পীবানা শমজিদা লৈয়োন মচুগী শমজিন - থেৎহনখি।

৩। ময়ুম খুমন পীবানা শমজিন মচু অমুবদা পজেং মনা অ- শংবা থেৎহনখি।

৪। মোইরাং পীবানা গুলাৈল শমজিন্দা মুনা লাংবা পজেং থেৎহনখি।

ল্লেঙাক্লোন

৫। মযুম অংগোম পীবানা অঙাংবা শমজিন মথক্তা লোইদাম থাক্ত ময়েক খোক তোলোক চিনব য়াহনখি।

মতৌ অম্নুম্না মযুম পীবা লুচিংবশিং, লেংদবা সমিতি য়াও-বশিং মাগী মাগী ফি-রোম মচু তাক্তুনা অপুনব সভাদা চৌংতম অনিগী মচু কয়াগী ফিজেৎনা লৈতেংবগুম ময়েক মচু খোক্তা মীৎকী কুপ্পে ওইনবা শংলেন মকশিংনা মকম তাক্ত কমহনখি।

লৈঙাক্লোন সমিতিগী মথৌ অমসুং শক্তি মতীক চানা পী। অপুনব সভা তোয়না কমদবনা সমিতিনা অপুনবা সভাগী মহুৎ শিন্ন থবক পুই। সমিতিনা অপুনব সভাদা নিংথৌদা মশাগী মহুৎ পীহল্লি।

সমিতি মীকম তোয়না যম্মী, নিংথৌনা সভাপতি ওই। নিং-থৌনা হকচাং ভমত্রবা নত্রগা করিগুম্বা হীরম অমগী সভাদা য়াওবা ভমত্রবা যুবরাজনা সভাপতি ওই। সভ অসি নিয়ম চুন্ন সভাপতিনা লমজিংই। সমিতি অসিগী তোঙানব অফিস লিংই।

<u>সমিতিগী মথৌ অমসুং শক্তি :-</u>

সমিতি অসিনা জাতিগী মীখলগী থবক পুই। মীখল্ম ঈরাং খোকপা, মতম য়ৈংথোকপা ভম্মী। সমিতিনা অপুনবা সভাগী মীকম লৈতবা মতমদা অংতোপ্প সমিতিশিং লমজিংই। মসিনা

লৈবাক ঈরাং থোকপা, বাথোক লাহোকী বাকংপা থোইদোকপা হীরম থব য়েংশিনবা সমিতি শেম্ব ওম্মী। সমিতিগী বাখং বাওদনা কনাগুম মীশক অমম্ত্রা কাবা য়াদে।

সমিতীনা আইন কানুন ব্যাখ্যা তৌহুনা ষ্টেট কাউন্সিল লক-ভিংই। মসিনা কাউন্সিলগী য়াথেপ, হুকুম থিংবেং চংই। জাতিগী অপূনব মীকম লৈতবা মতমদা লাকপা লানহৌ, প্রজা কমবা সভাগী মহৎ শিম শন্ত'ইবা ওম্মী। সমিতিগী থোইদোকপা শা লানগী আইন শেমবা শক্তিসু লৈ। লানগী বিচারসু সমিতিনা তৌই।

সমিতিনা মরাগী মতুংইন্না সাসক [কর্ত্তা যুবরাজ, মন্ত্রি, দেৱান, বিচারপতি অসিনচিংবগী কম পোথোকপা ওম্মী। মসিনা মীরৈবাক্তা লৈবা রাজদুত, লৈবাকী থবক তৌবা মীশক হন্না কৌবা অমসুং থবক হাপ্লগী শক্তি পায়। সমিতিনা লৈবাক ১পা সন্ধি তৌনব ওম্মী। সমিতিনা রাজনিতিদা হৈশিংবা, মরৈবাক নীংবা মীশক মকম চাউহনবা, উপাধি পীব অমসুং লাম্নীগী লোয়শঙ লিংনবা য়াথেপ লৌবা ওম্মী।

জাতিগী সভাদা পুথোকদবা বিল, সমিতিশিংগী সভাপতিনা আংজোননা লেংদবা সমিতিদা পুথোক্তুনা পরিক্ষা তৌহল্লি। মতৌকচাবা প্রমান ফংলবা তুংদা সভাদা পুথোকই। সমিতিনা

মীয়ামগী মাথোক পুন্নমক মাইয়োক্নে। অপুনব সভানা শিন্নবা থৌ শক্তি, থবক ওইনা পাংথোকই। খুং খাজংতুনা লৌবা মায়েক সমিতিনা লেপ্পী। সমিতিনা লাকদবা মীকমগী পাউ পী। অপুনব সভাগী মেম্বরশিংদা সাসনগী মরি লৈনবা মাকম সমিতিনা ব্যাখ্যা তৌদুনা থংহল্লি।

মাংলমচংকী ইবুধৌশিংনা চংলম্ব চংলম লুটিন কাইন্দনা তুংগী মাথোক শস্তাইনবা মুন্না মাখল তৌরগা ঐদিংভু লোয়াম্বনা লৈতাক্লোন অসি পুথোকখি।

সাসন্দা অপঙবা লৈতনবা, প্রজা চৈয়াক পীনবা পানা থাইদোক্নুদা প্রজাগী লোয়নশঙ লিংই। পানা খুদিংগী লাকপা মাল্লুপ চঙবা তাল্লী। লৈতাক্লোন মথোয়গী শক্তি কয়ামুক পী। মথোয় খুদিং শান্তিগী লমজিংবা প্রজাগা খুৎশম্নবা লৈবাক্কী কন্নাইবসি হায়না তৌভিক কাওবা লোয়াম্বা শিনবেল হায়না শোয়ৈ। অশেংবদি প্রজাগী মথৌ মশক তাকপা লৈতাক্লোন পুথোকপা অসিনি।

লেংদবা সমিতি লৈবাক্কী মপুনি :—

লেংদবা সমিতি, সাসনগী হকচাং কয়াৎ ওইবদা মতুনা জাতিগী অপুনবা সভানা সমিতিবু থাইদগী চাওবা লৈবাক্কী চুক্তি

মণিপুর

পাইহল্লি। লৈবাক অসিগী আইন্না লোন্না সরকার অমনি। সমিতি মপাগী মেম্বর লৌখোকপা মানবা মন্তানা সমিতিদি লিংই। মতম চুপ্পা লেংদনা লৈবা সমিতিনা অপূনবা মন্তা কৌবরা মতম লেপ্পী। মরম অসিনা সমিতি অসি লৈবাকী অশেংবা মপুন্নি। সমিতিগী মথো য়াম্মী। সমিতিনা শক্তিগী ওমথৈ, আইনগী মতৌক মগুণ চেংনা পায়। সমিতি অসিগী মথক্তা লাকপা রাকৎ মতম খর থিংজুনা থম্মী, মতুংদা সমিতিনা পাউথুম পী।

মন্ত্রিশিংগী মরানগী মতুংইন্না মখোয়গী ফম লৌখোকপা অমদি ফম হাপ্পগী শক্তি সমিতিগী লৈ। লেংদবা সমিতিনা শা শানগী রারেপ লৌজুনা লাউথোকপা নত্রগা মরি লৈনবা লৈবাকা সন্ধি তৌনবা ওম্মী। মখোয়না লৈবাকী অহৈ অশিং কৌবগা সাসনগী পাউতাক পীহল্লি। মিংচেৎ খুদিং সমিতিদা পী। সমিতিবু লমজিংবা মীশক্তা লমজিংনবগী মরম পীহল্লি। মরম কয়া অসিদগী লৈবাকী রায়েন সাসনগী অশেংবা মপুদি লেংদবা সমিতিদি।

সমিতিনা খংহৌদনা থোকপা থোদোক নত্রগা অরাবা শা-শানগী রারেপ লৌনবা সাসন পূরিবা মন্ত্রিশিং লমুজিংই। মন্ত্রিনা রারেপ লৌত্রিটে মমাং সমিতিনা লৌগদবা রারেপকী ব্যাখ্যা তৌজুনা খংহল্লি। লৈবাকী কেন্দ্র খুদিং মত অমত্তা ওইনা

য়াবেপ লৌগনি। অসিগুম তোঙখিন চাগ লৈবাকী রাজনিতিগী লমজিংবশিংনা প্রজাবু চুম লমজিংহনা সমিতিগী ইকং লৈহনি। মরম অসিদগী লেংদবা সমিতি, নিংথৌ পোংবা ১০ লৈবাককী অশেংবা মপুনি।

---

## তরুকশুবা শরুক

প্রজানা সাসন তৌবা লৈবাক

আইন চৎহনবদি নিংথৌ মন্ত্রিনি :—

প্রজানা সাসন তৌবা লৈবাকী আইন কানুন থবক্তা ওনা থোকপা থাকগী চাউবা সাসক কর্ত্তাদি নিংথৌ, মন্ত্রিনি। নিংথৌ অমসুং মন্ত্রি মণ্ডলনা লৈভাক্লোম্না পীবা আইনগী শক্তিশিং অদু থবক্তা পুন্না পাংথোকমিৈ। লৈভাক্লোম পীবা আইন কানুন

অয়াম্বা শরুক হৌজিক মতমগী লোক সভগী লমচৎনি। লৈং-ভাক্লোয় নিংথৌগী মথৌ, আইনগী শক্তি য়াম্না পীরবস্থ মহাক লৈবাক্কী লুচিংবা ওইনা লৈ।

নিংথৌ, যুবরাজ খন্নবা মথোয়গী মপন্সি :—

জাতিগী অপূর্ব সভানা পুন্সি অমগী নিংথৌ খল্লি। কন্না-গুম্বা নিংথৌ মচা অমা যাগী নিংথৌ ওইবগী অধিকার লৈরবদি নিংথৌ ওইবা য়াই। খুদম:— নিংথৌরেল থুক্লাওবা থাব্রা পান্দে, মনাওনা পোকপা প্নাইথোক্লদা রাজগাদি পীথি। পাই-থোম্বা থাবা পান্দে, মনাউনা পোকপা চয়াইরোংবদা রাজগাদি পীথি।

যুবরাজনা নিংথৌগী তেংবাংবা ওইনা মশাগী ওফিস লৈ'ই। যুবরাজনা নিংথৌগী রাজনিতিগী শক্তি পায়দুনা থবক পুই। অদুম ওইনমক মথোয়গী মরান লৈরবদি অপূর্ব সভানা মরানগী মতুংইন্না মকম লৌথোকপা য়াই।

নিংথৌগী মথৌ, শক্তি :—

জাতিগী অপূর্ব সভা নত্রগা নিংথৌ পোংবা ১০গী য়ারেপ মতুংইন্না মন্ত্রি, দেৱান, সাসক কর্ত্তাশিংগী কম হাপ্পা অমদি মকম লৌথোকপা অসিনচিংবা হৌরম কয়া নিংথৌনা পাংথোকই।

সিংথৌনা ভকমান পীবা, শা লানগী লাউ-থাকপা, প্রজাবু মরান দগী কোকপীবা, দান ভোবা, কোর্ট মা'সেলগী আইন চৎনবা লাউথোকপা য়াথং পূন্নমক নিংথৌনা তৌই।

নিংথৌনা মীরৈবাক্তা মরি লৈনবা কুতনিত্তিদা হৈশিংবা মীশক থম্ব. মখোয়বু হয় কৌবা, লেংদবা সমিতিগী রারেপকা চায়না তুং কোইনা লৈবাক মড়া চেৎনবা থবক পূই। মহা'ক ওাক শেঘগী সভাপটিনি, লাম্মীগী মকোক থোংবা কমান্দেন্তনি। দরকার লৈরবা মতমদা অপুম্ব সভা নিংথৌনা কৌই। সভাগী সভাপতি ওইনা নিংথৌনা মীফমগী থৌয়াং পূন্নমক শেম শাই। সমিটীশিংগী উপ সভাপটি ওইবা মীশক সভাগী থম্না নৈনবা অসিদা শরুক য়াদুনা পাউভাক পীবিনবা বর্তন পী। সমিটিগী মেম্বরশিং সভা অসিদা শরুক য়াই।

## তরেংশুবা শরুক

### কেন্দ্রদা মন্ত্রি মণ্ডল :-

লৈবাক অসিগী মন্ত্রি মণ্ডল লিংই। মখোয় লৈবাক অসিগী লৈঙাক্লোয়গী পীবা রায়েল পথাপ পাংথোকপা অচৌবা সাসক কর্তানি। মখোয়না মকোকথোংবা সরকারগী লোইশংশিং রাজনিতিগী লুচিংবশিংনা লৌখিবা রারেপকা চায়ননুনা মখোয়গী মথো পাংথোকই।

অসিগুম্বা রারেপশিং, অতৈ সাথাশিংদা পাংথোক্লবগী থবক-সু মখোয়না পুই। মখোয়গী মতৌদি লোক সভাগী লমচৎনি। অশেংবদি লোক সভ হোদোকখি হায়বা পৃথিবীগী সংবিধানগী রেকোর্ডনা প্রমান তৌরে। লৈবাক অসিদা অপূর্ব মেম্বর ৬৯ লৈ। মসি যল্লাই অমগীনি। জাতিগী অপুনব মশিংদি ৪৪৮ ান। হৌজিক মতমগী মনিপুরগী মেম্বর মশিংদগী কায়গী যল্লাই অমগী মেম্বর মশীংনা হেল্লি। মরম অসিদগী যল্লাইগী রায়েন অশেংবা লোক সভানি। মসি ব্যাখ্যা তৌবদা তাজরে।

লৈঙাক্লোন

করম্না শেম্মী ?

মন্ত্রি মণ্ডল যুবরাজনা লুচিংদুনা শেম্মী। মন্ত্রি মণ্ডলগী মীকমদা কেন্দ্রগী কর্ম্মচারী মকোক দেৱান মহাক্না পুবা লমগী মীহুৎ ওইনা থম্নু নৈনবা য়াগই। দেৱানশিংনা মন্ত্রি মণ্ডলনা প্রজাগী শেমগৎ শাগৎপদা লৌথৎলকপা আইন থাজনা চৎলি। মখোয় পুম্নমক নৈবাক্তা মকোক থোংবা নিংথৌগী মহুত্তা হুকুম পীবা ঙম্ন ফম্নাইবনি।

মন্ত্রি মণ্ডল নৈবাক অসিগী রায়েন সসনগী লুচিংবনি। মখোয়গী থবক্তা চিংনরবা লমচৎ মোৎলবা মতমদা পোংবা ১০গী য়াথং অমনা নিংথৌনা মখোয়বু মকম লৌথোকই অমসুং মহুৎ হাপ্পসু ঙম্মী।

মণ্ডল মীফম :—

অথন্নবা থোইদোকপা হীরম অমগী যুবরাজনা মন্ত্রি মণ্ডল মীফম কৌই। মীফম অসিগী সভাপতিসু মহাক্না ওই। মান্ত্রিশিংনা মখোয়গী মথৌ লোইরগা নিংথৌ থোগল তৌবা ওইনা পুন্না মখোয় মখোয়না পুবা থবক্তী মরমদা রা তাম্নে। সাসন তৌমিন্নবশিং অমগা অমগা ঈ পাউ ফাওনদুনা রায়েন থৌদা পুমিন্নে। যুবরাজনা থবক্তা মন্ত্রিশিং লমজিংই। মখোয়গী

* য ম্না চম্মী। মথক থোংবা লোম্নশঙনা লৌথিবা রারেপক্তা

চাহ্নবা রায়েপ লৌই। মন্ত্রিশিংনা মান মান পুবা থবক্তা মরমদা থু রো চেহ হৌরম মথক থোংব লোইশংদা পুথোক্লব যুবরাজদা শিন্নে।

শক্তি অমস্নুং মথৌ :—

মন্ত্রিশিংনা মথোয়না পুবা লোইশঙশিংগী মকোক থোংবা অফিসারশিংদা মথকথোংবা লোইশঙগী রায়েপ, আইন কানুন শন্না হায়হনা মথোয়গী থবক্তা থুরো চেহ অরাবা মন্ত্রিশিংদা পুথোকহল্লি। মথোয়না অককবা মকম অমগী লোইশঙশিং লমজিংই। মন্ত্রিশিংন পোংবা ১০ গী পাউজাক মতুংইন্না লৈবাক রায়েন সাসন থাক ময়না পুরক্লবা থৌরাং তৌই। মথোয়না লৈবাক অমগী নত্রগা মকম অমগী থৌরাং তৌরিবা যুদ্ধাল-কৈবাল, মীতোপ চংলকপা ঙাক শেনব, প্রজাদগী কারকপা শেল থরচকা চানক্রবদি সাসন্দা অকাই অতোই থোক্লনবা হৌরম অসিদা মিৎয়েং চংহনা মন্ত্রি মণ্ডলদা অমুক হন্না থম্মে।

মন্ত্রিনা লৈবাক অসিগী রাজনীতি "নৈতিক চরিত্র" দা পুক্নিং চংবা প্রজাশিংবু লমজিংই। মণ্ডলনা প্রজা মশা মউ করা লৈনব, মহে মশিংগী হৌরমদস্থ মিৎয়েং চংই। মন্ত্রিনা লৈবাক হরাং থোক্লনবা প্রজাগী পুক্নি চাউথহনবা, হৌরম থরদা মীরৈ-বাক্তা চাংদম্নবা য়ানবা প্রজাগী পুক্নিং থৌগৎতুনা লমজিংই। থৌবাশিং অসিনা শং-লান মাইয়োক্নবগী শক্তি শাগৎপদা উপাই

ওই। নৈখাক অসিদা ইরাং খোরকপা ঙাকখোক্লবা তোঙান তোঙানবা বিভাগশিং বিচার শঙ লি'ই। সমিতিগী ৱারেপ মতুং ইন্না মখোয়না মরান নৈবা মীশক দগী পী। মখোয়না প্রজাগী মতীক মগুণগী মতু ইন্না থবকসু পী।

<u>নৈথাক অসিদা লোয়শঙ করামুক লৈ, মখোয় অদুদিঃ –</u>

১। বিদ্যাগী লোয়শঙ ২ জঙ্গলগী লোয়শঙ ৩। লম্বী থোংগী লোয়শঙ ৪। পাৎকী লোয়শঙ ৫ অমাশঙ ৬ বিচার লোয়শঙ ৭। মপান্দগী শেল তাম্বা লোয়শঙ ৮। নৈথাক শেমগৎপা লোয়শঙ ৯ শৌকংশঙ ১০। খো' পু'থাকপ' লোয়শঙ ১১। খুৎ শা নৈবগী লোয়শঙ ১২ কুতনীতিগী লোয়শঙ ১৩ থানা লোয়শঙ অসিনি।

মন্ত্রি খুদিং লোয়শঙ অমমমগী মকোক থোংবা অফিসারনি। তাক শেনব লোয়শঙ থ'না, নিংখো, যুবরাজনা পুই।

<u>মণ্ডলগী গুণ :–</u>

নৈঙাক্লেন্না মন্ত্রি মণ্ডলদা শক্তি য়াম্ন পী। মখোয়না প্রজা নম-হাড়না থবক তৌহন্দে। মশা মতোমতা মপুক্লিংদা থবক তৌনিংব পোকহল্লি। আইন্না মী খুদিংগী ল্যাইবক লেপহল্লি। মণ্ডলগী গুণদি মন্ত্রিনা পুবা থবকী মরমদা লাকপা রাজ'

মরি লৈনবা মন্ত্রিশিংনা প উথুম পীরল্লি। মখোয়ন মখোয়গী পাংথোকইবা অমদি পাংথোকদব থবকী মরমদা মপুংফানা ব্য খা তোই।

কনাগুম্বা মীশক অমনা চিয়া নত্রগা অইবনা মাগী পেন্দবা কোংদোকপা য়াই। মরি লৈনবা মন্ত্রিনা আইনগী মতুংইন্না চাংয়েং তৌদুনা মন্নানগী মতু ইন্না য়াতেম্মী। মখোয় খুদিং ডিপার্টমেন্ট গুম্বা সমিটিগী য়াথং পাংথোকই। মন্ত্রিনা পূবা লোয়শঙদা মী থবক হায়া য়াই মতুংদ নিংথৌগী অয়াবা লৌই। ন্যাই লৈবা হীরম চাংয়েং লৌরগা সামটিনা পীরক্লি।

মাইকৈ অমরোমদা যুবরাজ মন্ত্রি মকোক নত্তে। মকাক্তা মন্ত্রিশিং ময়ুং মপান ফাওনা মখোয়না পূবা থবক্তা শন্না হায়দুনা থম্মাই থোকখল্লি। মন্ত্রিশিংগী মরক্তা কাঙলুপ থায়বা আইন্না থিংই।

মন্ত্রি দেরালশিং পুন্নমক নিংথৌ যুবরাজদা মখোয়গী মপুন্সি লমন তোন্দবগুম খল্লি। মখোয় খুদিং রাজ্যেল সাসন্দা পুন্না তৌমিন্নে। লৈঙাক্লোন মন্ত্রিগী মখোদা নিংথৌ যুবরাজ অনিমক মতেং পাংলল্লি। অশেংবদি লৈবাক্কী রাজনীতিগী চুম শো মন্ত্রি দেরালনা পায়। মখোয়না মখোয়গী মথৌ পাংথোকপদা সভাগী বারেপকা চানল্লি।

লৈঙাক্লোন

মন্ত্রিনা ধর্ম্ম অমদি রাজনীতিগী ৱাথোক্না দেশ কাংথোং চাইথিবগু অমুক হন্না থোক্কনবা লৈঙাক্লোম্না অতোপ্পা রাজনীতি লিংবা থি ই। প্রজাগী মীহুৎনা সাসন তৌবা রাম্লেল অসি মন্ত্রিগী থৌবাংনা মীয়াম্না পান্না চৎহল্লি। নিতি অসি থুগাইবা মীশক প্রজাবু নিংথিনা ঙাকহল্লি। করিগুম্বা মথলগী ইরাং হৌরকপদা মন্ত্রিনা মাইয়োক্লে। সাসন থুগাইনবা হৌরকপা লানহৌগী লুচিংবা মীশক লৈঙাক্লেম্না পীবা ধারাগী মতুংইন্না দণ্ড পীদুনা ৱাবকই।

ল্লোয়াম্বা নিংথৌরেলনা চৌং-তম অনিগী অপুম্বা সভাদা লৈবাক লৈশেম শুংশেংগী রারী তোংদা লাইরেল পাথংবা ১মুং থুয়োই তোংম্পোক অনিদা শংলেন মকশিংনা পীথিব পাউতাকশিং মন্ত্রিনা মীয়ামদা নৌনা হ্যথ তৌদুনা প্রজাগী থম্মোই ফাই।

চৌং তম প্রজাশিংদা নিংথৌরেলগী ফজবা রাঙাং তারগা মতৌক চাবা মখোয়গী অমত্ত ঙাইবা নিংথৌবেলনি হায়না অমুক হন্না শক খংথিবা মরীক চুম্ব মন্ত্রিগী পাউজেল অদু তারগা মীয়াম্না মন্ত্রিবু ইকাইখুম্নে। নিংথৌরেলগী শান্তিগী লমজিং থৌরাং অদুদি মথাগী অসিনি।

১। শিনকমগী মতুংইন্না য়ুম্নাক থোনবা।

থূদম:— শাইরেম য়ুম্নাক অসি গম্বীবনীরাজগী সানা হাক্তক্লো শাইথোম ওনথিবা লৈ।

২। আইনগী মাংদা নিংথৌ, মীচম প্রজা থেম্নবা থমম্নবা।

৩। মীরৈবাক্কী রাজনীতিদা তো'বাংবা থিংবা।
থারা অসিগী মথাদা সানোংবা, নরেন্দ্রজিৎ অনিমক মপুঙ্গি চুপ্পগী লৈবাক অসিগী তাম্বোকখি।

৪। মখানা রাদব সুপী তৌরবা, সুপীনা সুপা লোনবা থিংবা।
(ক) থারা অসিগী মথাদা মৈদিংগু তবুংবা হ'ৎপগী দণ্ড ক'খি
(খ) থারা অসিগী মথাদা খুঙ্গেং ইনখিবা মীশক য়াম্মী।

৫। শেল শ'বা থিংবা
মৈদিংগু চরাইরোংবনা শেল শাবা মীশক থরা মপুঙ্গি চুপ্প' জেল পীখি।

৬। মচিন থিবা, হুরানবা, মীনম্বা পাউ শন্দোকপা থিংবা।
(ক) থারা অসিগী মথাদা চরাইরোংবনা মী ৮ থক হুরানবগী দণ্ড, প্রান দণ্ড পীখি।
(খ) মৈদিংগু পাইখোম্বনা মচিন থিবা, মীনম্বা থবক তৌবা মীশক মনাতোন কক্কুনা দণ্ড পীখি।

৭। সাসন থুগাইবা মীশক হাৎপগী দণ্ড পীবা।
(ক থারা অসিগী মথাদা শোক ১৭০২ দা মৈদিংগু চরাই-রোংবগী মথক্তা লাম্মাবগী মী থরা শেলগী দণ্ড পীখি।

মী ৩১ না হাৎপগী দণ্ড পীখি। শোক ১৭০৯ গী তুশুক লানফমগী লানফা ১৫ বণ্ডি পীখি।

(খ) শোক ১৮০৬ তা খাগেম্বগী মথক্তা লানচৌবগী মনাও ইবুঙো শানো বা হাৎপগী দণ্ডদগী কোকপীদুনা মপুন্সি চুপ্পা কাছারদা বণ্ডি থমখি।

(গ) মহারাজ মধুসিংহগী মথক্তা লানচৌ তৌবগী চরাইরোংবগী ধারা মেলৈখোম্ব মচীন তুশিল্লগা থাউদা হান্দুনা ঈশিংদা থাদদুনা হাৎখি। মনাওম্বুপা অমম্ব পুন্সিগী জেল পীখি।

(ঘ) চন্দ্রকর্ত্তিগী মথক্তা লানচৌ তৌবগী মহারাজ দেবেন্দ্র রাজবণ্ডি ওইনা থাগী লুপা ৫০/- পীদুনা ঢাকাদা থমখি।

(ঙ) শোক ১২৪৭ তা পুরাণ থাবগী মথক্তা খুমন্ন শোক ৬০৭ গী যলাই ৭ কী ফ্রটকী বারেপ থুগাইদুনা লানচৌ তৌবগী খুমন নিংথৌ কাকপা হাৎপগী দণ্ড পীখি। চৌজিক খুমন যলাই পোংবা ১০গী য়াথং মতুংইন্না দেন্তরনা সাসন তৌখি।

(চ) মৈদিঙু 'মধুচন্দ্রগী মঙাইবুংডো নাওল সিংহ চন্দ্রকীর্ত্তিগী মথক্তা লান চৌবগী লৈবাক অসিদগী তাংহাকখি।

৮। প্রজাগী দাবী সরকারনা পীবা ওয়বা থৌরাং তৌবা।

---

৯। সাসন্দা থাক মান্নবা থম্নবা তম্পুক্কী লম শরুক ৬ থোক্লা থাইদোকপা। শরুক অমমম্মু পানা নত্রগা লাল্লুপ কৌবা।

(ক) ধারা অসিগী মতু ইন্না লৈবাক অসি মথাগী অম্নুম্না শরুক কয়া থায়দোকখি।

১। অঙৌবা লুপতিন

২। নোংমাইলুপ থৌচালুপ

৩ অকোংলুপ কোংচালুপ

৪। খুরাইলুপ লুপখুবা

৫। লৈচোল্লাকপা তোলোম্বলুপ

৬ থাইজকুপ অসিনি।

১০। পানা খুদিং মী কাংলুপ কাংলুপ থাযবগা অকন্নবা মতম অমদা লৈবাক্কী থৌ পুজনব। মখোগগী মথক্তা লৈবা সরকারগী থৌ শায়বদি থাজনা কোকপীবা।

১১। চহি ১৮ শুরবদি মুপা, মুপা খুদিং লাল্লুপ কাবা। ধারা অসগী মতুং ইন্না লাল্লুপ মুপাশিং লানগী বিত্তা মজীকচানা তম্বী। শক ১৪৪৩ দা মহারাজা লিম্থোইজম্বা মুপা লম্মী পুদুনা অরাগী লান থেংনখি।

১২। মতীক মংথৌ লৈবা মশক্তা মনা মথুম পীবা।

(ক) থারা অসিগী মথাদা মৈদিংঙু পাইখেংম্বনা মতৌক মথৌনা লৈবা মীশক্তা মথোয়গী ভৌবিমল থংবা উৎপা ওইনা লান্দগী ফংলকপা সম্পত্তি শাঘন মনা ওইনা পীখি।

(খ) শোক ১৬০৫ দা খাগেম্বনা মাগী কম্বাইবশিংগী থাক লেপ্লগা সানা লুপানা শাবা মনা মথুম য়েম্ম্বোকখি। কম্বাইবশিংগী লুপানা শাবা দলাই পী। নিংথৌরেলগীনা সনাগী দলাই, লুহুপ, শিজিন্নখি। মতৌক লৈবা অথৌবশিংনা লুপাগী লুহুপ পীখি।

(গ) মৈদিংঙু লাবন্যচন্দ্রগী মঙা ইবুংঙো দা মতৌক মথৌনানা লৈবাক নিংথৌগী অরাবা কোকহনখিবগীদমক মনা লৌ থুমখোং খরা পীখি।

(ঘ) পাউনমচা নাওল সিংহদস্ত মাগী মরৈবাক নীংবা, রাজভক্তি লৈবা থোইদোকপা হৌরম খরগী মনা লৌ ৪ পীখি।

১৩। মীরৈবাক্তা মহৈ মশিং লমোন ইতিকী মরি থম্বা।

(ক থারা অসিগী মতুংইন্না পোং নিংথৌগা মহৈ মশিং বিদ্যা অমম্মুং লমোন ইতিকী মরি লৈনখি। পুংম্বৈবা ওঝা পোং নিংথৌদা পীখি। পোং নিংথৌনা চৌন্না খোংবা যন্ত্রবাসিঞ্জম্বগী বিদ্যা হৈবা ওঝা লৈবাক অসিদা পীরকই।

(খ) নাউথিংখোংগী মতমদস্তু চৌংঙ্ঠরেম্বী মহারানীগী মপাম লৈবাক্তা ফী-রোন শাবা, খুং-শা হৈবা, পুং য়েৎবা, ঈশৈ নোংমাইগী ওঝা কয়া পীখি। মখোয় অদু হৌজিক মিথিলি কায়না থংনৈ। মখোয় বিহারগী লমথৈ অমদা লৈ। মখোয় অশেংবা মৈতৈ জাতিনি। মফম অদুদা মখোয়দগী হেন্না পীকপা জাতি অমা লৈতে। ভারত সরকারগী মীশীং য়ামদবা জাতি থাক মাপ্পনবা থৌরাংগী মথাদা মপৌ মশক থংবা, মীচান মীরাই নাইদবা বিহারগী চিফ মিনিষ্টর করপুরী ঠাকুরনা টকুই কুইদনা মীশী য়ামদবা মীথিলি জাতিগী লোন ৮ শুব সেড্যুলদা চনশিন্দুনা শক থংখ্রে। মসি মৈতৈগী য়াম্না কায়বা থিজিন্না য়াৎপা হিরম অমনি। মবম অসিনা মিথিলা হায়বগা মনিপুর হায়বগা অমত্তুনি মনিপুর জাতি হায়রগা কংলৈবাক্কী মৈতৈবু থংনৈ। মিথিলা হায়রগা কংলৈবাকপু থংনগনি। মবম অসিনা মিথিলা লোনবু ৮ শুবা সেডুলদা চনবগা মৈতৈলোন শক থংলে হায়বগা অমত্তুনি।

(গ) মৈদিংঙু চরাইরোংবনা বর্মাদা কলচরেল প্রোগ্রাম থমদুনা মৈতৈগী বিদ্যা কয়াগী ওঝা থাখি। বর্মানা থৌরৌ

কাইবী, চৈগী ওগোই শাবা মী কা'লুপ কা'লুপ থারকুনা বুঙ্কো ঊৎখি।

১৪। মীরৈবাক্কা লৈবাক অসিগী লৈভা'ক্লান শন্নোকপা। থারা অসিগী মখাদা ম'রৈবাক মচা লানকাশিং মখোয়গী মতীক মখোঙ্নাগী মতু'ঙইন্না মখোয়গী ম'রাঙ্গা অন্ত্বাদ তৌহন্দুনা মরৈ-বাক্কা লৈভাক বিজ্ঞা অসি শন্নোকহনখি। মখোয় নিংথৌ রেলনা মকম চাউনা পীবুনা মৈতৈ ওনহন'খ।

১৫। মীরৈবাক্কা কুভনিটিগী ম'ব থম্বা।

(ক) থারা অসিগী মখাদা থ'নব লৈবাকশি কাঘবদি— ঢ'ক্কা চত্তগে', ত্রিপুরা, তেকথ ও, অহোম, ব্রহ্মপুত্রনা কন্বা আস ম-গী নিংথৌ পম্বা লৈবাকশিং, সানষ্টেট, চিন, বর্মা অভানচি ব দেশশিংদা কুতনিটিগী মী থমখি।

(খ) শোক ১৫৭৭ মৈদিংঙু কবোম্ব সানা কাক্কা অহোম নিংথৌগা কুভনিটিগী মীশক থাদোক থাজিন তৌনখিবগী মরম ইতিহাসনা শেংনা তাকই।

(গ) শোক ১৬৬৬তা মৈদংঙু পাইখোম্বনা খিবোমৈ কোহিমাদা কুভনিটিগী মী থম্ব হৌখ।

১৬। কবিঞ্চাবা লৈব'ক অমদা লান্দাহুনা লম লৌশিন্দবা।

(ক) লৈঙাক্লোম্ন হয়বত্ন লৈবাক অসিনা মশীং লাকডমদন,

লাম্লেংনখি। ল্যানফম খুদিং মৈতৈ অমাং ওইখি। মতুংদা লৈবাক অসি মিত্ররাষ্ট্র ওইনা লৈখিন্নখি।

(খ) শোক ১৬৩১ দা মৈদিংঙ, খাগেম্বনা চিন লৈবাক জয় তৌই। মনাও ইবুংঙো খ্বাইরাকপনা লমগী লমথৈ য়াংপা অমম্বুং কুতন্নীতগী মী থম্নবা সন্ধি তৌবা চিনদা চংখি। চিন মখিংঙো ওইনা নিংথৌরলগী লেমজুনিংঙাই ওইবা খুংদান পেৎ থারকই।

১৭। য়াংলমচন্তুগী চৎনবক্কুবা নিংথৌগী গোকপদগী লোইনরক্কুবা শক্তি অমম্বুং মথৌ ইরাৎ পূজা তৌবা, লাইশঙ ভাকপা, লাইশঙগী অধিকার, মাইবা লোইশঙ পণ্ডিত লোইশঙ, শংলেন মরু কাপ্পা অসিনচিংবা লৈবাক্কী মরি লৈনবা থানবা য়াথ্রবা থবক নিংথৌদা শিন্নবা, পীবা।

১৮। শেলথুম চাউখৎ থোরাংগী লোইশঙ লিংবা. মহৈ মশিং, বিজ্ঞান থিজ্জিনবা, লম্পী থোং জঙ্গল শেম্ন, পাং শেমগৎপা অসিনচিংবা প্রজাগী চাউখৎ থোরাং হকথোংননা থবক পুবা মীয়ামগী মীঙৎ মন্ত্রি মণ্ডলনা পায়বা।

১৯। মীরৈবাক গচা চংফবকপা লৈফম পীবা।

ক) ধারা অসিগী মচুং ইম্না কাইরেনচা সনা হাক্কুক্কো ব্রহ্মপালগী

লৈঙাক্লোন

লালগী মতুংদা লাম্নী খরা লৈবাক অসিদা লৈতৌই। মখোয় অয়াম্বা ব্রম্মণনি হায়না খাজলৈ। মসিনা মীতোপ চংলকপা অহাম্বনি, মখোয় মৈতৈ ওনখি।

(খ) মৈতৈগা লাম্নেংনবা লানকম খুদিংগী লানফাশিং লৈবাক অ'সদা লৈখি। মখোয় অয়াম্ব মৈতৈ ঈদা তিনখি।

২০। প্রজানা মাগী পীশম থোনপ খাজনা পীব ভুমচন্দ্রবা মাগী অবৈবা পোৎ চৈ হায়বদি ফো চেং, মনা মশিং কন্দ্রগা করিগুম্ব মমল নাহবা পোৎশক অমা শেলগী চাং লেপ্লগা খাজনা ওহনা পীহনবা।

ধারা অসিগী মখদা লোঁয়ম্বন খাজনা পীবা ভুমচন্দ্রবা প্রজাদগী শেলগী চাং লেপ্লগা পোৎচৈ, ফিরোন ওইনা লৌব হৌ.দাকখি।

২১। নিংথৌ ফি লাম্না শিজিন্নবা থিংবা।

রাকম অসিগী রাথোক কয়া লৈবাক অসিদা থোকখি। আইন থুগাইনা চৎপা অকনবা অভোম্না শোক ১৭২৩ দা মৈদিংগু, নোংইন ফাবা, মমা'সিজ অনিমক হাৎখি। মুপী হাৎপগী থোদোক অসিনা অনিশুবনি।

ধম্মনীতি, রাজনীতিনা নৈহৎপীরবা লৈবাক অসিগী প্রজাগী পুক্নিং খংলবা, তুংগী য়াম্না উবা, মতীক মগুণ চাউবা নিং--

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১০। | শ্রীযুক্ত | নহাকপম শঙ:লেন হজবা | থানা |
| ১১। | „ | লাইতোঞ্জম কোংবাম | „ |
| ১২। | „ | থপ্লাং পনশাবা | সেনাপতি |
| ১৩। | „ | মান শাই | „ |
| ১৪। | „ | কোরেন | „ |
| ১৫। | „ | হাওবম অকোং | „ |
| ১৬। | „ | খুমন লুপা | „ |
| ১৭। | „ | সাপা ক্যাম্বা | „ |
| ১৮। | „ | থিয়া পুকচাও | „ |
| ১৯। | „ | থম্বাংবা | „ |
| ২০। | „ | থাংজম চক্রপানি | „ |
| ২১। | „ | অরাম্ব | মেজর |
| ২২। | „ | থাংজম য়াইকুলি | „ |
| ২৩। | „ | হুইত্রোম্ব | „ |
| ২৪। | „ | পেংসিবা লমথক | „ |
| ২৫। | „ | য়াংথৈ লৈতোন | „ |
| ২৬। | S | চেকশা নঙ্কে | „ |
| ২৭। | „ | চেকশা তন্দে | „ |
| ২৮। | „ | য়ুমলেম্ব কোপেং | „ |
| ২৯। | „ | পাশাব হুইক্রেম্ব | „ |

| | | | |
|---|---|---|---|
| ৩০। | শ্রীযুক্ত | শ্যামশাই | থ্বাইর'কপা |
| ৩১। | " | আনন্ত শাই | রাংথৈলাকপা |
| ৩২। | " | গদাধর শাই | লৌরুংপুরেন |
| ৩৩। | " | লৌরেম খোংনাংথাবা | পণ্ডিত |
| ৩৪। | " | গনক থেংগ্রা | " |
| ৩৫। | " | নিঙোম্ব অকোং | " |
| ৩৬। | " | লাঙ্গোল লুখোই | " |
| ৩৭। | " | য়াম্বেম থৌগাক | " |
| ৩৮। | " | মোইরাং ললহাব | " |
| ৩৯। | " | খোংবম হিমাইব | " |
| ৪০। | " | লিশাংথেন খোমা | " |
| ৪১। | " | শামুরৌ চিগোং | " |
| ৪২। | " | রাংগু বাজি | " |
| ৪৩। | " | কমেং ফদিব | " |
| ৪৪। | " | অঙোম গোপী | " |
| ৪৫। | " | শান্তিদাস গোষাই | |
| ৪৬। | " | অচোইব গুণ সিংহ | শামু হজবা |
| ৪৭। | " | হাওবম হজবা | শগোল হজবা |
| ৪৮। | " | হাওবম পুখ্রম্ব | পুখ্রম্ব |
| ৪৯। | " | হাওবম পুখ্রম্ব | অংলুপ লাকপা |

লৈতাক্লোন

| | | | |
|---|---|---|---|
| ৫০। | শ্রীযুক্ত | ভাওেম্ব খৈকুংয়া | খৈকুংবা |
| ৫১। | " | পোওলারম্ হিয়াং | হিদং |
| ৫২। | " | চন্দ্রন নম্বুরম | শংলেন লাকপা |
| ৫৩। | " | ভাওোম মাইঙ্কে | হিদাক হজবা |
| ৫৪। | " | কুঞ্জ কোনেং | হিদং |
| ৫৫। | " | লাইরুম্ বাকোল | শংলেন লাকপা |
| ৫৬। | " | চন্দ্রশেখর | শেলুংবা |
| ৫৭। | " | ফাবাচন্দ্র | " |
| ৫৮। | " | মোয়াইরাম শ্রীরাম | " |
| ৫৯। | " | বলরাম চুবন | " |
| ৬০। | " | শাংলাম্ লৈরাম | " |
| ৬১। | " | মাইস্কা পুকচাউ | " |
| ৬২। | , | যুমলেম্ব | ,, |
| ৬৩। | ,, | উপন্দ্র কোনেং | ,, |
| ৬৪। | ,, | লৌরেম্ব | ,, |

মৈদিংগু লোয়াম্বনা প্রকাশকপা শিংচুপ্পা হৌজিক মন্তরী লোক সভা অমসুং রাজ্য সভা অমসুং লোকল সভাগী নিয়ম করা হৌ-দোক্লগী হায়বা মথক্কী থৌরাংশিং অহিসনগী শংবা চম্পী।

জাতিগী অপুনব সভানা মন্ত্রি মণ্ডল হাপ্পী। মখোয় লৈবাক অসিগী থ্বাইদগী চাউবা শক্তি লৈবা কন্নাইবনি। সভা লৈতবা মতমদা মখোয়না শীংথানবা য়াবা মতীক চানা থৌ পুই। মখোয়না সভানা লেপ্পথিবা য়াথেংশিংদা চান্নবা লৈবাক ওাকই। মন্ত্রি মণ্ডলনা কিরেপ অমগী নেসনেল এরিয়া, ওটোনোমস রিজিওনগী লৈঙাকপশিংনা পীখ্রলকপা য়াথেং লৈঙাক্লোন্দ শোকপা ককপা ঙম্মী। মন্ত্রিনা অপুনব লৈবাকী এলাকা চম্ন লমজিংই। নেসনেল এরিয়া, ওটোনোমস রিজিওনগী লৈঙাকপশিংনা মন্ত্রি মণ্ডলগী মতৌঙুম চম্ন লৈঙাক্লোম্ন পীবা শক্তিগী মপুংচম্না য়াথেংদা থুংলোয়নবা নিয়ম শেমহল্লি।

---

# নিপানগুবা শরুক

## রাযেনশঙ

**বিচারপতি :—**

মৈহৌরোন্দগী চৎনরক্লবা লিরবা লৈবাক রাযেনগী নিয়ম শেমদোক্লুনা লোয়াম্বনা নৌনা পুখোকপা লৈঙাক্লোন অসিনা প্রজাগী রাযেনশঙগা মবি লৈনবা অদু শেংনা তাক্লুনা প্রজাগী মথৌদাং মখোয়গী থমোইদা মমি তাহল্লি।।

লৈঙাক্লোন অসিনা অকিসাগী শক্তি শেংনা তাকই। লৈঙাক্লোম্ন পীবা মরুওইবা নিয়ম কানুন অসিনা প্রজাশিংদা মখোয় মশানা য়ানা মরৈবাকীদমক মথৱাই কংখোক্লবা শিক্ষাপী। লৈবাক অসিদা রাজনীতি শেমগৎ শাগৎপদা খুরৌ চেন্দনবা সমাজগী সম্পত্তি চেকশিনহৱা, হায়বা ইৱ, থবক্তা থৱাই য়াওবা, লোম্ব কয়, লৈবাকী রাযেন কানুন মপুংফানা ইকায়খুম্নবা

থকনি থাশি লাইবা অমদি মীয়াম্বু নিয়ম কানুন মশানা য়ানা চৎহনব, প্রজাগী লমচৎ শাজং তাকুনা লমজিংবনা মরুওইবা রায়েনশঙগী মথৌনি। মরম অসিনা লৈবাক অসিগী বিচার-পতিগী অহানব মথৌদি অনৌবা লৈঙাক্লোয়না পীবা রাজনীতি "সমাজ নৈতিক চরিত্র" তাক শেনবনি।

মাংজোননা থৌবাং তৌরবা রায়েন পথাপ অসিনা প্রজাগী অরোনব সম্পত্তি তুংশিনব থিংবা, প্রজা মশেল তেংবাংনবা থিবা মীশক, থবক শুবগী নিয়ম থুগাইবা হুরানব, গুণ্ডা, রাজনীতিদা অমাং অতা থোকুবা শীনব মীশক —রায়েনশঙনা মতীকচানা দণ্ড পী। দেশ অসিদা মীরৈবাকী শক্তি চংলকপা, দেশকী মাইয়োক্না ফত্তবা তৌবা মীশক য়েংশিনবা রায়েনশঙনা প্রথাদা শিক্ষা পী। প্রজাবু মতীক চানা শিক্ষা পীবগা লোয়-নবা লৈঙাক্লোন চৎনব মাময় রায়েনশঙনা লমজিংই।

<u>থোইদোকপা নিয়ম থবা:—</u>

লৈঙাক্লোন অসিনা নিংথৌ অমত্তং অচম্বা প্রজাগী মরকতা আইন্দ শেমবা থমদে। মরান লৈবা মীশক লৈঙাক্লোয় পীবা আইন কানুনগী ফতুইগা মতীক থোকপা দণ্ড পীনবা অচেৎপা জামিন পী। নিংথৌগী মবাস লৈরবা মতমদা মীনাই অমগী মমল পীহল্লগা মরান কোকপীনবস্থ লৈঙাক্লোনগী রায়েন পথাপ্র

পল্লি। নিংথৌনা অকনবা মরাম লৈরবা মতমদা নিংথৌ খুবমগী লৌথোকপা য়াফল্লি। করিগুম্বদা বাৎপগী দণ্ড কাওবা পী।

লৈঙাক্কেম্না রাম্নেরনশঙ লৌংভম্ব সাসনগী মশা ওইনা লিং-হুনা থমদে। লৈবাক্তা মকোক থোংবা লোইশং নিংথৌ পোংবা ১০ না মভেং পাংহুনা অচুম্বা বিচার তৌরল্লি। বিচারপতিশিংনা প্রজাগী মপা মমা ওইনা লৈঙাকলোনগী নিয়ম ভাক্না থবক পুই। কনাগুম্বা মীনা প্রজাগী লম নিয়ম লাম্না শিজিন্নবা, চুমদবা উপাইনা শেল ভানবা, অসিগুম্বা চিংনিংঙাই ওইবা থবক্তী মরানশিং অসিগী অচুম্ব পুরক্লব। বিচারপতিশিংনা লৈবাক্তী কম্পাই-বশিংদা আইনগী মভেং পী।

বিচারপতিনা মী খুদিং আইন্দা ঙনীংভম্বা মায়হল্লি। জাতি, সমাজগী হৌরককম অমস্থং শিনকম মায়হনবগী লৈঙালোম্না জামিন পী। কনাগুম্বা মীশক অমা নিংথৌগী নত্রগা রাম্নেন-শঙগী হুকুম য়াওদনা কাবা য়াগদে। রাম্নেনশংগী থৌ পুম্নমক প্রজাশিংগী মরক্তা চৎহল্লি। মরাম লৈবা মীশক মরাম ভাক-থোকচনবা মতম পী। লৈবাক অসিদা লৈবা মীনা লোন থংন-ত্রবদি মী নেক্তুনা মাগী অচুম্বা শক্তোক্তা হায়হুনা মশা ভাক-থোকচনবগী খুদোংচাবা পী। বিচারপতি, নিংথৌ পোংবা ১০না য়াবা মীশক্কা ওই। মথোয়গী মপুল্লি মশা মত্ত করিবা, মাগী

মথংগী বাকৈং লার্কত্রিবা মতম থংচক সরকারগী অনকলোজ্জাকা য়াই । থকরুবা অশীকপা নমধৈ থমগী থিচারপতি শমদম মছুগী অইরবা প্রজানা থুং থানংলগা ' থরি ।' খাইদগী পীকপা লৈবাক অসিগী বায়েনশঙদি গ্রাম পঞ্চায়তনি ।

বায়েনশঙ :—

লৈবাক অসিগী খাইদগী চাউবা বায়েনশঙদি মিংথৌ পোংবা ১০ না' পায়বা লোয়শঙ অসিনি । মসি হৌজিক মতমগী সুপ্রিম কোর্টকা মান্নৈ । লোয়শঙ অসিনা অতৈ লোয়শঙশিংগী বাইগী মথক্তা' হন্না মিৎয়েং চংবা য়াই ।

অতৈ লোয়শঙদি চৈরাপ, পঞ্চাইৎনি । বায়েনশঙ অসি অসিনা লৈবাকী অয়াম্বা বাথোক্কী বিচার তৌই । লোয়শঙ অনিমক্তা মরান লৈবা মীশক মাগা তৌরবা মরানগী মতুংইন্না মতৌক থোকপা চৈরাক পী । লোয়শঙ অনিমক লৈমাকলোয়্না আইনগী মথক্তা তোপ-তোপ্না থাইদোক্কনবা পী ।

অথাপ্পা গ্রামশিংগী কেন্দ্র থম্লগা, কেন্দ্র কয়াদা গ্রাম পঞ্চায়ত কৌবা বায়েনশঙ লিংই । লোয়শঙশিং অসিনা হুজাগী অশীকপা বাথোক লাংথোক্কী বিচার তৌই । লোয়শঙশিং অসিগী বিচার প্রজানা পেন্দ্রবা মতমদা মথৌ তাগী বাইগী থাইদোক্তা মথক থোংবা চৈরাপ পঞ্চাইদা অমুক বাকৎপা য়াই ।

লোয়শঙ অনি অসিনা মখোয়না গুমজবা শক্তিনা প্রজা লেপ্পবা বিচার তৌই। অরুবা বাথোক, থমোই শোকপা, মী শিবা, মমল য়াম্বা সম্পত্তিগী মতাংদা কোর্টনা পীবা রাই পেন্দ্রবা মতমদা মখোয়গী রাইগী মাইয়োক্তা পোংবা ১০দা বাকৎপা য়াই।

## অতৈ লোয়শঙ:—

থোইদোকপা লৈবাক অসিগী শা লানগী বিচার তৌনবা লোয়শঙ লিংই। লোয়শঙ অসিনা লান্দা কায়কপা মবান লৈবা মীশক বিচার তৌই। মখোয়গী মরানগী মতুংইন্না মরান ঙাকপী, অমদি মতৌক থোকপা দণ্ড পী।

## মুপীগী লোয়শঙ করম্না লিংই?

মাংলমচৎকী নিংশিংবা গুম্বা তাউহুইরেংনা পানবা মতম থ্বাই মুংজেং পীবাগী তেন কীদুনা নিংথোনা শাথুপথিবা লৈবাক রাবা মতাংদা লৈবাক্তা পোংবা ১০, লৈম কমলেন লুচিংবী ১০গা রা তাম্বগা লাইয়াম্মদা হায়জদুনা তাউহুইরেং পুথোকথিবা রাকম অদুদা য়ুক্কম ওইরগা মবুথো নোংদা লাইরেন পাথংবগী লৈম কম্লেন লুচিংবী লাইরৈন্ম ইবেম্মা লাইসানানা লুচিংদুনা লৈবাক অসদা মুপীগী লোয়শঙ ইহান হান্না লিংথি। লাইরৈন্মগী

বিচারদি চৌংঙ্-খোইয়ুম, নমু ভাইবং ঙ্না রায়েনখি। মুপী-শিংগা মরি লৈনবা খৌদোক রাখোক্লমক লোয়শঙ অসিনা বিচার ঙ্ঙৌই।

অনৌবা লৈঙাক্লোয়া চায়:—

আইন রাংমা লায়া মুপীগী নীং-ভস্বা থুগাইদুনা প্রজা মশেন খঙন-চৈনবা লৈঙাক্লোয়া থিংই। মশানা য়াদবা মুপী নমু-হাদুনা ভিয়বনা থ্বাইদগী চাউবা দণ্ডি পী। মদুগী মগুত্তা প্রজাগী সম্পত্তি মুপীবু নিয়ম চুয়া ঙাকপগা লোয়ননা থকশি খাশি নাইনা মুপীগী অধিকার মপুংফানা ঙাক্লবস্তু হায়। অচুম্ব বিচার পুং-খোকপা ঙম্নবা রাজনীতিদা অকায়বা পীবা মীশক আইয়া দণ্ড পী।

রায়েনশঙগী আইন কানুন্না প্রজা পুম্নমক জাতি, মুপা, মুপী, শিনফম, ধর্ম্ম, মহৈ মশিং খেন্নবা থমদনা সম্পত্তি থাক মাম্ননা থমদুনা সমাজগী হৌখম অচুম্ব গুণগী নিং-ভস্বা ঙাক্লবা লোয়শঙ অসি লিংই। প্রজা'শিংনা ইদুনা জবাব পীবা য়াই। মরান লৈবা মীশক মরান ঙাক্লবা মতম পী। লোয়শঙ খুদিং বিচারপতি ৭/৭ লৈনবা থৌরাং ভৌই।

চৌকিদার :—

চৌকিদার বাখ্রৈনশঙগী অপীকপা বিচারপতিনা আইনগী শক্তি শিন্নবা থুপ্লাগী শৌ পুবা মীশক অমনি। মর্বাক্সা থুজাগী মতেং লৌদুনা অপীকপা বাথোক লাম্হোক বিচার তৌবগী শক্তি পায়। বিচারপতিনা নাকোং বাঙ্গী চিব অরায়বা বাথোক মুপী চেখা, মুপী থাইনবা, হুরান চিঙ্হি অঁসিনচিংবা থুজাগী মামদুনা অপীকপা বথোক শস্তাইনবা মহাকী শক্তি লৈ। থুগী বিচার পেন্নবা মতমদা মরি লৈনবা বায়েন লোয়শঙদা অমুক বাকংপা য়াই।

# মাপনশুবা শরুক

## সাসন তৌবা লমযৈথ অমসুং
## মখোয়গী রায়েন সাসন :—

প্রজানা সাসন তৌবা লৈবাক অসিগী প্রদেশ, নীং তম চৌগী লমযৈথ তোঙান তোঙান থায়দোক্লুনা মখোয় খুদিং পুম্না নিংথৌজা থনাই মথাদা লৈ। লমশিং অসিগী লমযৈথ থায়দোকই।

মৈদিংঙু লোয়াম্বনা লৈবাক অসি জাতি বিজাতি থামদবা অকম্বা দেশ অমা শাগৎখি। মহাক শক্তি য়াম্না লৈবা লৈবাক অমগা অমগা দাহেংনবা থিংবা অচুম্বা চৎপা মতৌক মখোনা লৈবা নিংথৌরেলনি। মহাক্না অপুন্ব জাতি অমা শেমগৎপদা রাজনীতি অমদি অর্থনীতিদা প্রজাগী মপুক্লিং চিংশিনবা, চাউথৎপা পাম্বা প্রজাগী পুক্লিং থৌগৎতুনা জাতিগী বাথল মশানা থলহন্দুনা তোঙান তোঙাম্ব জাতিগী কেন্দ্রশিংদা কুপ্না য়েংশিন্দুনা নীং তমগী মহাও খংহল্লম্ব দেশকী শান্তিগী লমজৌং লম্বী য়াৎলম্বা অথৌবা অমনি।

নিংথৌ পানবা লৈবাক মশেল অমগা অমগা তেংবাংনদুনা অপুনবা পাজল কনবা মনিপুর লৈবাক শাগৎপদ মথরাই কৎ-খিবা লুচিংবনি। অশেংবমক নিংথৌরেলনা শেল থুম, অনৌবা মুম্বাল, প্রজা থকশি খাসি নাইনা চৎহনবা অমদি চংজয়কপা মীশক্তী লৈকমল্ল পীরম্মী। করিগুম্বা উপাইনা অপুনব মনিপুর শাগৎপদা লমগী মতুংইন্না আইন শেমদুনা রায়েন সাসনগী মথল থাইদোক্লপা মতম চুপ্প নিংশিংপদবা অথোইব লুচিংবা অমনি।

লৈবাক অসিদা লৈবা জাতি খুদিং চাম চিন্না লৈমিন্নবা মানবা শিনবা অশিংবগী থৌরাংনি। মথল মথেল মাম্বা মী কাংলুপ কাংলুপ্না মপুম ওইবা মনিপুর লৈবাক শাগৎপদা কাংলুপ খুদিং লৈবাক অসিগী শরুক অমমম ওইহল্লি।

অপুনবা মনিপুব শাবদা শরুক মাম্নিবা নিংথৌ পানবা লৈবাকশিং অসিদগী মহৈ মশিং হৈব. মতীক মথৌনা লৈবা মীথোই মীহেনবা, রা ঙাংবদা মরিক চুম্বা খন্দুনা জাতিগী সভাদা লমথৈ অমগী মীহুৎ ওইনা লৌশিন্দুনা লৈবাক রায়েন পথাপ শেম্বদা শরুক মাহল্লি।

নেসনেল এগ্রিমা :—

মনিপুরগী চোংগী লৈবাকশিং নোংদা লাইয়েন পাথংবগী মতমদা লৈরম্বা লাংমাইনিংথৌ, মকেং নিংথৌ, চশাৎ নিংথৌ,

মণিপুর

মানচোং হাওটৈগ, মকিচোং, মকাম তাংখুল, মোয়োন, থাঙাল চোং, তুগুক্কুচিংবা হিংথো পানবা লৈবাক অমমম লিংছুনা অপুনবা লৈ-বাক শাগৎপদা মখোয় খুদিং চাউনা শরুক য়াই। মখোয় মপুম ওইনা অনৌবা রাজনীতি "সমাজ নৈতিক চরিত্র" দা চেৎনা থা-জনা চৎতুনা মৈতৈ নিংথৌগী মথাদা য়'খভক্তি কাইদনা চৎলি। মখোয় খুদিং লৈবাক অসিগী থাইদগী মরুওইবা লুচিংব ওাক্তি।

মৈহৌরোন্দগী লৈরক্রবা লমদমশিং অসিগী চৎনবী রুহী কাইৎন্দনা মখোয়গী নিংথৌনা প্রজাগী মতেংগা লোয়ননা য়ায়েন স'সন পুই। করিগুম্বা লমদমশিং অসিগী নিংথৌগী লমচৎ শাজক্তা পেন্দবা য়াকৎ ল'ক্লগা কেন্দ্রনা মিৎয়েং চংই। মপুম ওইনা চোং লৈবাকশিং অসিগী সাসনগী ভার লম লমগী ওইনা নিংথৌনা য়'বা মীশক' লোয়ননা কেন্দ্রগী অয়াবা লৌরগা সাসন তৌই। লম্বু চোংগী লমদা থবক তৌবা কেন্দ্রনা হাপ্প অপীকপা কর্ম্মচারী অমনি। চোংগী নিংথৌশিংনা চাং নাইনা মৈতৈ নিং-থৌদা থাজনা পী।

লোয়াম্বগী মতমদা চোংগী প্রজানা থাজনা পীব ওমত্রব মতমদা মশা চৎতুনা য়ুম্বাল কৈবাল য়েংলগা মহাক্কী লৈজবা মাল চাং পোৎ চৈগী মমল লেপ্লগা থাজনা লৌই। চোংগী প্রজাশিংনা অমুক-মতীক চায় চিয়না মৈতৈ নিংথৌদা লৈমিয়রম্মী হায়বা ইতিহাসনা শেংনা তাকই।

নিংথৌরেলশি না খা-নোংপোক্তা কবো-হুক্যাক, ক্যাং, মুংয়াম, শমজোক, মেংদু, অভা; অমসুং চিন লৈবাকশিং, অমসুং নোংচুপ্তা ব্রহ্মপুত্রনা লমথৈ ওইবা আসামগী নিংথৌ পানবা লৈবাকশিং ত্রিপুরা, তেকখাও, কাছার চত্তগোং, অমসুং ডাক্কা জাতিশিং লনগৈ ওইনা থম্বীরম্মী।

রাকম অসিমক সার চুড়াচান্দ মহারাজনা পানবা মতমদা রাজ ড্রুমরা সিংহনা সভপতি ওইদুনা সভ অমা লিংখি। সভা অদুনা অসামগী নিংথৌ পানবা লমশিং হাংগুম্ব পুন্না লৈমিন্নবা থম্বরকপদা সভপতিনা ঐখোয়দি বৃটিশনা চপ্পা রাজাশি, পাম্বোম পাঙ্গলন ওইবা নত্তে। দাবী তৌকপগা বৃটিশনা লৌখিরে ই। মতুংদা মরৈব কনীংবা, মতীক মথৌনা লৈবা মীনা থংগে তাল-লকপদা উপাই ওইনবা বেকে ডি থম্বদি কৈ হায়খি।

ওটোনোমস রিজিওন :—

প্রদেশশিং কায়বদি নিংথৌ পানব, মলাই খুবমশিং অমসুং নোংচুপ্তা ব্রহ্মপুত্রনা শমথৈ লেপ্লবা নিংথৌ পাম্বা লৈবাকশিং ডাক্কা, ত্রিপুরা, তেকখাও, কাছাড়, চত্তগোং, আসাম, খা-নোংপোক্তা সান ষ্টেট, ক্যাম, মুংয়াম, শমজোক, চিন, মেংদু মনিপুর লৈবাক্কি। লৈবাকশিং অসি ভুগ্লীগী মতুংইন্না শরুক কয়া থোক্লা পাব। শরুক অমমমগা কেন্দ্রগী মহুংশিন্ন দেৱাল অমনা

মনিপুরগী রাংমদা লৈবা প্রদেশশিংগী রাজধানিদা কেন্দ্রগী অফিস লৈই।

প্রদেশশিং অসি লৈতাক্লোনগী ধারা ১৬/২৮ গী মতুংইন্না লৈবাক বায়েন সাসন্দি লমদমশিং অসিগী হান্না লৈরম্বা নিং-থৌশিংনা মনিং তম্না রায়েল্লি। শা লান, লনোন ইত্তিক, বিন্থা শন্নোকপা কুতনিত্তিগী তেংবাংননবা সন্ধি তৌনৈ। প্রদেশশিং অসিনা মমিংতা ওইবা নিংথৌরেলগী লেমজনিংঙ্গাই ওইবা থুদোন গী। কবিগুম্বদা লৈবাকশিং অসিদগী লান হৌরকই। মতৌক মগুণ লৈবা লৈবাকী নিংথৌরেলশিংনা হন্না লাকুনা থুবাং চাউ-শিখ লম্বাদা লমজিংই।

দেৱান :—

দেৱান হৌজিক মতমগী গোভর্ণরগা থাক মান্নবা ষ্টেটকী মকোক থোংবা কর্মচারীনি। মহাক্না লৈবাক অমগী প্রজাশিংগা থুংশন্নবা লৈবাক ভাকই। মহাক কেন্দ্রগী মীহুৎ থ্বাইদগী চ উবা কর্মচারীনি। মহাক মহাক্না পুবা লমগী বিচারপত্তিনি। শা লানগী মতমদা মানা পুবা লমগী কমাণ্ডেণ্টনি। মহাক্না ইমর-জেন্সি লাকপা মতমদা নিংথৌগী মহুৎশিন্না লাউথোকপা ঙম্মী। মহাকী থোইদোকপা শক্তি কয়ামুক লৈ। মরান লৈবা মীশক চাংয়েং লৌরগা মরাল্ল কোকপীব ঙম্মী। মাগী মথাদা লৈব মীশক

মরাক্নগী অমদি মতাক মথৌনাগী মতুংইন্না কমথৌনি পাঁবা অমসুং মকম লৌথোকপা ওয়্যী ।

মাগী খ্বাইদগী চাউবা মথৌদি সাসনগী মরি লৈনবা খাজনা খোমগৎপনি । মানা পুবা লমগী রাথোক শন্নাইনবা ওয়্যী । মহাক্না উপাই লৈজরবা অশোন অনাশিংগী চহিগী খাজনাসু কোকপিবসু ওয়্যী ।

দেবালনা থোইদোকপা হীরম অনৌবা রায়েন অসিগী অওবা রাজনীতি লমজিংই । মহাক্না প্রজাশিংদা প্রজা মশেন ত্তেংবানেহন্নুনা মপাঙ্গল কনবা সমাজ অমা লিংনবা অমদি সরকারগী চাউখৎ থোংথাং লৌগৎলকপদা খুরো চেন্দনবা লমজিংই । দেবালনা খুল খুদিং দরকারগী মতুংইন্না চৎতুনা শান্তিদা প্রজাগী মথৌ লমজিংই । দেবালনা শন্নাইনবা ওমদবা থবক মাগী মহোক থোংবা লোয়শঙ নিংথৌ পোংবা ১০, লেংদবা সমিটিদা পীথৎলি ।

লৈবাক অসিদা দেবালগী সাসন লৈরম্বগী খুদমঃ— হিজম দেবাল, হাওবম দেবালমচিংবগী মিংদা লৈকাই মমিং থোনবা ঐথোয়না খংই । হাওবম দেবাল অথেংবা মতমগী অসাম অমসুং মনিপুরগী থবক পুরম্বা দেবালনি ।

লাকপা :—

লাকপা দেবালগী থবক্তা মতেং পাংবা লৈবাক অসিগী অপীক পা লমথৈ অমগী অকিসারনি। মহাক মহাক্তা পূবা লমগী রেভিনিউগা মরি লৈনবা বাথোক্তী বিচারপটিনি। লাকপনা লৌউ লোয়শঙগী চাউখৎ থৌরাং পায়খৎলকপদা প্রজাগা পুন্না চৎমিন্নদুনা লমজিংই। মহাক্তা মথক থোংবা অকিসারগী হুকুম মতু ইন্না লৌ ইংখোলগী মরি লৈনবা প্রজাগী অমসুং সরকারগী থো পুই। মহাক্তী মথৌ য়াম্মী। লম জরীব তৌদুনা খাজনা-গী চাং মহাক্তা লেপ্পী।

লৈবাক্তী খ্বাইদগী মরু ওইবা লমগী খাজনা থোম্মী। মাগী মতেং পাংবা জিলাদার মহৱীগী থতেংনা অসুক চাউবা লৈবাক্তী শেল থোম্মী। লম্বী, থোং, ঈশিং-খোং তৌদুনা লৌউ লোয়-শঙগী চাউখৎ থৌরাং প্রজাগা মাম্নদুনা শেমগৎলি। দরকার লৈবা শেল সরকারনা তেংবাং পীনবা শীল্লি। লাকপা প্রজাগা হকথেংনবা শান্তিগী লমজিংবা অকিসারনি।

---

---

# তরাশুবা শরুক

**দেশকী পুক্তিদা লুচিংবা :—**

মৈদিংঙু লোয়াম্বা নিংথৌয়েলনা মনিপুর প্রজা মীয়ামদা রাজনীতিগী মওং মতৌ ভং তানা লৈতানবা অমদি লৈবাক বায়েন পথাপ চাং নাইনা চংহন্দুনা শান্তি লৈনা লৈবাক ঙাকখি। দেশকী হৌরম খুদিং, মীয়াম প্রজাগী পুক্তি, উহৈগী অচংবা মহৈ মরুওইনা জাতিগী অচুম্বা লম্বী লৈঙাক্লোন অসি শোয়হন্দনা প্রজা মীয়াম পুম্নমক পুম্না দায়ীত্ব পুমিন্নদুনা চৎমিন্নখি।

মহাক্না চৌং তম প্রজা অপুনবা লৈঙাক্লোনগী রাহৌদোক মনিপুরগী রাজনীতি লুচিংবশিং অপুনবা লৈবাক শাগৎপদা অপনবা পীবা লানহৌ থিংহুনা মীওইবগী গুণ মশক থংনা প্রজা মশেল অমগা অমগা তেংবাংনদুনা রাজনীতিগী লিচিং অমম্তদা চৌং তম প্রজা লুচিংবশিংদা অনৌবা থৌরাং লৈঙাক্লোনগী নিয়ম কানুন লৌখৎপদা মথল কয়াগী মৈথাই থিঙ্গাইব মাইয়োক্নহনখি।

অদুমদি ওইরগা নিংথৌরেললা সরকারগী মপান্দ, সরকারগী লৈঙাক্লোন বিজ্ঞান হৈবা মীশক লৈবা উদে, কংখিদে। মরম অসিনা চাউখৎ খোংথাং থুডিন্নবা, মীরৈবাকী রাজনীতিদা লৈবাক অসিদা অমুক হন্না ঈথিল চংলকপা ওমদনবা রাজনীতি দল অমত্তমক লিংনবা লৈবাকী অহৈ অশিং মীশক থল্লগা সরকারগী মরাল পীবিনবা বার্ত্তন পীদুনা মখোয়গী অয়াবা লৌখি।

মীরৈবাকী রাজনীতিনা মৈদিংগু খোংজেকচাগী মতমদা খোকখিবা লানকম অদুনা লৈবাক প্রজা য়াম্না ওৎ-নৈখিবা থৌ-দোকশিং অদুগুম্না অমুক হন্না খোক্তনবা লৈবাক মীয়াম্না লাইবক্ত ওম্বা, হোৎনবা কনবা, রাকম অসিদা কেন্দ্র ওইরগা প্রজাগী পূক্নিং চিংশিন্দুনা মপাঙ্গল কনবা অপূনবা মনিপুর লৈবাক অমা শেম্নবা কন্না হায়দুনা লৈবাকী অচেৎপা রারেপ লৌখি।

লময়ানবগী রাথল লমজিং অসিনা মরম ওইরদুনা মী খুদিংদা লৈরম্বা মখোয়গী শক্তি, মহৈ মশিং য়েংথিনবা থমদনা মখোয়গী মরুপ মপাংশিংদা শন্দোকই। নিংথৌনা হায়বা ইনবা, লৈঙাক-লোনগী নিয়ম অসি চুম্না চেৎনা থাজবগা লোয়ননা চৎপা মীশক সমাজগী চুম শোং পায়হল্লি। লুচিংবশিংনা লৈঙাক্লোম্না পীবা দায়িত্ব, নক্রগা মখোয়গী মিংথোল পদবী, মকম থওইদবা মীশক সরকারগী নীতি চুক্তৌনা অদুগুম্বা মীশক মরানগী মতুংইন্না রায়েনশঙনা দণ্ড পী। মসিগী মরমদি কর্ম্মচারীশিংনা রাথল লমজিং অসি পাকথাক শন্দোক্লবনি।

নৈঙাক্লোন

সরকারনা রাজনীতিগী মেথয়শিংগী চপ চানা হায়ব ইন্নবগী শুমথৈ লেপতে। উপাই অসিনা নিতি অসি পাকথোক শন্নোক্ত বগী অচৌব থুৎলায়নি। মরম অসিনা মেথয় খুদিং মথক-থোংবা কেন্দ্রগী শাখানা লেপ্নখিবা য়ারেপ অদু পাংথোক্লবা কন্না কায়রহনা লমজিংই।

কেন্দ্রদা মীয়াম্না সাসন তৌবা :—

মাংলমচন্না তৌখিবগুম্না অনৌবা লৈঙাক্লোন মশানা য়ানা মীয়াম হৌনা সাসনগী ভার পুমিন্নবগী লৈঙাক্লোনগী আইন-কানুন কয়ানা জামিন পী। সমাজগী য়াথন্দা যুক্ষম ওইবা মরম্ন অশেংবা প্রজাগী সাসন লিংবা শুমথি। অনৌবা য়াওনগী নীতি নীয়ম, রাজনীতিদা তাউহনা প্রজানা মপু ওইবা লৈবাক অমা লিংখি। লৈঙাক্লোনগী নীয়ম কানুন কয়ানা প্রজা থাক মাম্নবা থমহনা চৎমিন্নবদা প্রজা অমসুং সরকার অনিমক চেকশিনহল্লি। মরম অসিদগী অনৌবা রাজনীতি "সমাজ নৈতিক চরিত্র" না লৈবাক মবা চেৎনবা অমত্তা ঙায়বা উপাই ওইখি।

রাজনীতি দল :—

লৈঙাক্লোন চৎনবা হৌখিবদগী লৈবাক অসিদা রাজনীতি দল অতৈ লিংবা থিংই। লৈবাক অসিগী ফম্নাইবশিংনা রাজ-নীতিগী লুচিংবা ওইহনা নিংথৌগী হুকুম মতুংইন্না মথোয়গী

নোংমগী মপৌ পাংথোকই। হোৎনবা কনবা লৈবাক অসিগী মীয়াম্না জাতি খুদিং মশা মউ কৰা মী অমগী হকচাংগুম প্রজা পুম্নমক লমজিং অমত্তদা পুম্না লেপ্পী।

লৈঙাক্লোনগী ফল :—

মৈদিংগু লোয়াম্বগী লৈঙাৰবা লৈবাক রায়েন পথাপ অসিনা ভারত অমদি থা নোংপোক্তা এশিয়াদা য়াম্না কন্না শাফু অমা ওইহনবা মখোয়গী প্রজাশিংগী থম্মোইদা শান্তিগী ইথীল পী। মতম অসিমক ভারতা নিংথৌ খুবমগী কন্না তোয়না লাম্থেংনৈ। লান তৌহনবা শান্তিদা লৈমিন্নবা য়াবা নীং তম্বগী মহাও খংবা লৈবাক অসিগী অনৌবা য়াওনগী লৈবাক রায়েন পথাপ অসি মখোয়না য়াম্না মীহৌই। বেদনা শক শোনবা লাইরৈবাক্তী রায়েন অসিনা মখোয়গী লৈবাক্তা কন্না ইথিল পীরকপা অসিদা প্রজাগী খোল্লাও ঙাকথোক্নবা মখোয়গী উপাই লৈতে।

ভরত্ত বল্লন সেম্না পানবা মতমদা মনিপুর লৈবাক জয় তৌনবা অহনবা লানফম অমা বড়পেটাদা খেনখি। লানফম অসিদা মীশিং লাকওমদনা শিখিবদগী লৈবাক অনি সন্ধি তৌনখি। লৈবাক অনিনা য়ানহনা ব্রহ্মপুত্রনা কোনবা লৈবাকশিং মৈতৈশিংগী ওইখি। লানফম অসিদা জেনেরেল অনি ফারকই। মখোয় মৈতৈ ঈদা তিংখি হায়না থাজনৈ।

লানফম অসিদগী সেন শাগৈ লৈখা তাখি। ভারতকী প্রজাশিংনা থমোই শোকখি। ইতিহাস ইবশিংনা আসাম ১স্তং মিথিলা লৈবাক সেনগী লৈবাক্তি হায়না লায়্না ইশিল্লি। মসিদা থমোই শোকপগী মুংঙাইতবা ফোংলকপা করিগুম্বা রকম অমত্ত তাবা ফংদবা অসিমক থোইদোক্না মুংঙাইতবা অমনি।

মতম অসিদা মনিপুর লৈবাক অসি মিথিলা দেশ হায়না খংনৈ। মৈদিংঙু কোংয়াম্বা যুগ অসিগী নিংথৌরেলনি। লান তৌডুনা লৈবাক লোবনা অচৌবা নিংথৌ ওইনা শীংথানবা ভারবদি কোংয়াম্বা লৈবাক অসিগী থুংইদগী চাউবা নিংথৌরেল-শিংগী মরক্তা অমনি। মসিদগী হেন্না চাউবা ব্রথোয়গী লৈ-বাক্তা লৈতে। লানফম অসিদা মৈতৈ লাম্নীগী মতৌক মথোনা অরাংপা লৈতবা গুণবু মখোয়না মণিগা চাংদম্নদুনা লৈবাক অসিবু মণিপুর হায়না শকথখি।

মৈদিংঙু খাগেম্বনা পানবা মতমদা চিনগী নিংথৌরেলনা মৈতৈ লৈবাক্তা লানগী লানবাউ থারকই। মখোয়না থারকপা চিঠিগী মতুংইন্না মখোয়না থারকপা লুচিংবা জেনেবেল মোইদানা হাংপা গুম্লগা চিন্না লৈবাক অসিগী মথাপেম্বা, ডমত্রগা মণিপুরনা চিনগী মথাপেম্বা হায়না হায়রকই। মৈতৈগী অকম্বা নিংথৌ-রেলনা চিনগী লুচিংবা মোইদানা হাংখি। লানফম অসিদগী

চিন লৈবাক মৈতৈগী মথা পোনখি। মোইরাংলাপী মকোক কংলা-শা মাংদা ফুমই। মশম, খুঙ্জিল্লা লমজানমপুংবা ফুমহুনা হৌজিক কাওবা খুদম লৈরি। ইতিহাসকী খুদমশিংনা পেংনা ত কই— চিন ঐখোয়গী লৈবাক্নি।

গরীবনিৱাজনা খা-নোংপোক্তা শ্যাম, অতা কোম্বুং ফাওবা লৌশিন্দুনা মৈতৈ লৈবাক শন্দোকখি।

শান্তিগী লময়াম্বা লৈঙাক্লোনগী বাহৌদোক অসিনা মরম ওইদুনা পীক্লবা মীশীং মামজ্রবা লৈবাক অসিনা খল্লুবদা তুজ্জুংবা লানফম কয়া মাইয়োক্লবা ওমখি। জাতি ভিন্নদবা মী কাংলুপ-শিংনা নিংখিনা তম্মীরবা লানগী মহৈ মশীং মতম চানা শিজিন্ন-হুনা শিখা কিদনা য়েক্লবা জয় তৌখি।

লৈবাক অসিদা লৈবা মীরৈবাক মচাশিংনা লৈবাক নিংথৌদা অকাইবা চৎপা উহল্লবসু লৈবাক মাং তাক্লবা তৌব অয়োনবা খবক্তি অবেপ্পা লৈতে। মথোয়না প্রজা মশেন তোখাই তানবা অমদি মড়া চেত্তবা লৈবাক অমা ওইনবা ধর্ম্মদা খুক্ষম ওইবা লাম্হোং অমা পুথোকই। মৈতৈ নিংথৌ অমদি শঙলেন মরুশিংনা লৌয়েংনবদগী ধর্ম্মগী লাম্হোং অসি থিংনবা থিন্দুনা তাকপা ক্রম-খিদে। মরম অসিদগী শক্তি লৈরবা নিংথৌ মচাশিং, প্রজা

মশেল মত খেন্নরকপদগী ময়ল য়াম্বা পৃথিবীদা লৈত্রিবা লৈঙাক-লোন, ময়ল য়াম্বা [illegible] সুংশেমগী লাইরিক লাইশু খোমজুনা লৈবাক অসি মরু থংনা ওসাং তাকুবা যজ্ঞ তৌজুনা মৈ থাখি। অদুবু ঐখোয়মা পুরান মৈ থাবা হায়না থংনৈ। সুমিৎ অদুদগী মৈতৈগী সুমিৎ তাখি।

ধর্ম্মদা ঙাওবা মীরৈবাক মচাশিংনা অচুম্বগী জয় অদুবু মীহৌজুনা লৈবাক অসিগী লাইরিক লাইশু ময়েকপু বননি মরেঙ্ক হায়না বৃটিশ সরকারগী অয়াবা লৌজুনা মখোয়না পায়খি। মখোয়না ময়েক অসিগী মচা মশু ওইনিংই। মসিনা ঙসি ফাওবদা মীহৌবা অদুগী কিশি অদু অদুমক লৈ।

লাইবক থিরবা মীরোল অসিনা থমোইদদি খ বা খুদম পীন-ঙাই লাইরিক লাইশু লৈত্রবসু শোক ১৯১৯ দা প্রাগ্‌জ্যোতিষপুর ফমথিবা পৃথিবীগী হিন্দু মহাসভানা মীওইবা জাতিগী হৌফম শাংৎফম, সুমিৎকী হৌফম অমসুং যজুর্ব্বেদ পূথোক্তুনা ব্রত্যগী হৌফম নৈনখি। মহাসভানা লৈবাক অসিগী পাম্বোহইবী খোঙ্গুল, কুম্বা-বা য়েংলগা দেশ অসিগী শোন, ময়েক অসি পৃথিবীগী ময়েকী হৌ-ফম্নি, লোন অতৈদা অনুবাদ তৌজুনা থংহবা, চৎহবা কৈ, মসিগী শেল কায়খোকপা চুম্মী হায়। ময়েক অসিনা জাকই জাতি অসি বিষেস্ব য়াম্না লৈবা মরম্না মুথৎপা য়াবোই। লৈবাক

অসিগী কাং, শংগোল কাংবৈ শান্নবা অসিনা জাতি অসিগী থাইবগী কেলেগুরনি। মসি উশিন্নদবা থংশিন্নদবা মী অদুদি মিৎ তাং-বগা মান্নৈ, মিৎ তাংবা কৌই। কুইথ্রবা মতমদগী হৌজিক ফাওবা হিংলিবা জাতি অসিগী অকা অকুম লৈকম থোকই হায়না মহাসভানা বারেপ লৌথি।

মনিপুর লৈবাক্তি ভারত লৈমগী কোট্রা অফবা মরু থনদুনা থম্নবা ফৌদি অদুগুম্বা জাতিনি। প্রাগ্-তা ফমথিবা পৃথবীগী সভানা পৃথিবীগী হৌকম, মীওইবগী শাৎকম থিদোক্লবদা লৈতৈগীদি যদাই ৭ কী পুকোক লৈবনা মৈতৈ জাতি অসি মীওইবা জাতিগী মপা মপুনি হায়বা য়ানখি। মতম অসি মনিপুরনা ভারতকী মমুং চনখিবনা ভারত ইউরোপ জাতিগী মথক থোংবা ত্রভ্যগী মচা মগুশিংগী মমুং চনখি। মতৌ অসুম্না বন-নি ময়েক্কী কিশি থোক্তনা ভারত পুবগী, পৃথিবীগী ময়েক্কী হৌকম পুম্নমক্কী মপা মপু ওইনা ইকাইখুম্নখি।

মহাসভা— মীওইবনা শিরগা কৈনা চায় হায়বগী মরম করিদগী কায়বনো ?

মৈতৈ — মীওইবনা হিংলিবৈ মতমদা মহাক মহাক্না ফত্তবা তৌথিবা পাপশিং অতনা শিরবা মতমদা অশিবা মী অদুগী

আঙ্খানা মীওইবগী অহানবা হৌরককম লাইরৈবাক অসিদা লাকই। মখোয়না খোংবাম্পাৎতা মশা শেংদোকই, মতুং-দা মোংপোক খোং অহান্বা অসিদা লাকই। খানা চাউবা বা য়াংত্রেম্নগী য়াথং পীবিমবা লাকপদা ময়াম নৈবা মী-শক্তীদি মাগী পাম্না কৈ ওইরুনা মাগী আঙ্খা অহু চিঙাক ওইনা চাখোকই। মরম অসিদগী শিরগা কৈনা চায় হায়রবনি।

মহাসভা — অশিবগী আঙ্খ'ন' কদাইদা ভিনথি ?

মৈতৈ — মীওইবনা শিরবা মতমদা হৌব লোইবা, লোম্বা, লাই-রৈবাঙ্গা মী ওইবগী হৌকম শাৎকম মরু অসিদা অমুক হঙ্গিল্লকই। মখোয় খুদিংমক লাইকম কয়াদা মানা মানা তোখিবা থবকী ময়াম কোকপীনবা লৈশেম মুংশেম য়াওবা লাইশিংদা লৈশি লৈখোম্না খুরুম্মী। লাইবক কবা কনানা খোংহাম্পাৎতা মশা শেংদোক্লে, খানা চাউবা য়াংত্রেম্নগী বিদাই লোয়গা অশিরম হায়বদি কংলাগী শা-মাংদা লাক-তুনা থোংঙাক লাইরেম্বীদগী বিদাই লৌই। মকম অসিদা লম চৎপগী অরা অনা পোখোক্লে, থমোই মৈচাক ঈখো-লাংবা ইমাগী মশাইগোম্নগী ঈশিং থরুপা কোক্লে। ইমানা মুংশিনা মখোয়না চৎকদবা লম্বী অচুবা তাকপী। ইমাগী

বিদাই কংলগা গুরুগী শাথুপকম মকোয় মুঙ্গোই চাংদা লাকই। লাইয়ায়া লমজাংবীদুনা মানা মানা তৌজরকপা কর্ম্মগী মতুংইয়া সুবিৎতা তিনখিবা য়াওই। মশিনা মী-ওইবগী থ্বাইদগী বাংবা মপোক্তি। অয়াম্বদি থাদা তিনখি। অসুম্না মীওইবনা পোক্ত শি, পোক্ত শি তৌদুনা সংসার অসি শেম্মী।

---

# তরামাথোইশুবা শরুক

বিচার অমা :-

"সমাজ নৈতিক চরিত্র" মপান্দগী লাকপা মীশিংনা লৈঙাক-লোন অসি উবদগী থোনবা মিংনি। পৃথিবীগী য়াজনীতি ইতি-হাসনা পৃথিবীদা সংবিধান হায়বা য়াইহ অসি লৈত্রিদৈঙদা মাং-ঙোননা লৈবাক অসিদা হান্না সংবীধান লিংজুনা চৎলম্মে। লৈবাক অসিগী হৈ-শিংবা নিংথৌরেলশিংনা মীরৈবাক মচা লানকা নিংথৌ

মচাশিং মখোয়গী গুণগী মথক্তা মখো পীদুনা লৈবাক অসিগী নীংতম্বা লৈঙাকপদা মখোদাং য়াহনখি। মখোয় খুদিং মৈ'ঙগী য়ুম্লাক অমদা তিনখি। মীরৈবাক মচাশিং মাগী মাগী মরোন্দা সংবিধান অসি ইথোকহন্দুনা মরৈবাক্তা থা'হল্লি। মঙৌ অসুম্না লৈবাক অসিগী নিংথৌনা লৈবাক অসিগী লৈঙাক্লোন জাতিগী লমচৎ শাজৎ থংনবা লৈবাক্তা শক থংনবা প্রচার তৌখি। মখোয় তুংদা লাকপা মীতোপকী থৌদোক রাখোক্তা, হৌরম কয়াদা ব্যাখ্যা তৌবা, নিংথৌগী ফম্নাইবা অগুম্বা ওইহনখি। নোংপোক লমদগী লাকপা মীশিং নোংচুপ্তুগী লাকপা মীগুম্বা লম্মন শিংবগী রাখল থোইনা চেন্দে। নোংচুপকী মীশিংনা লৈবাক অসি মায় হায়-গৎলকপা য়াদনবা ইথিল পীদুনা ইতিহাস ল'ম্না ইদুনা থনম্মী। মতম অদুদগী হৌনা ঙসি ফাওবদা লৈরিবা লৈবাক্কী অহৈ অশিংশিংনা মশাগী য়েংচুনা লৈত্রে। জাতিগী লোম্বা মীশক মশীং য়ামদে। থংদবা, উদবা থিজিম্বা রাৎপদগী মমল য়ায়বা ঐখোয়গী ইরন ইথুম লৈখা তাখি। অসিগুম্বা কাইফদবা রুহী কাইনা চৎপদগী লৈবাক্কী অরাবা থৌদোক্তা লৈবাক অসিগী ইতিহাসতা লোম্বা লৈতনা লৈ।

শোক ১৯০৫ দা লোর্ড কর্জন্না আসামগী নি'থৌশিংগা পুন্না হোৎনমিন্নদুনা ভাইশিনখ্রবা অরাং নোংপোক লৈবাক্কী সম্পাতি

ব্রহ্মপুত্রন, কোনবা লম মখোয়গী সাসন্দা খুৎলোইগদবা য়েংদুনা মিত্ররাজ লৈবাকশিং মনিপুরদগী থাইখি। থোরাং অসিনা মনি-পুরগী মপাঙ্গল হাংনগা লৈবাক অসি লৌশিন্নবগী খুৎলাই ওইখি।

পুরাণ য়ৈ থাবা :—

শ্রীযুৎ মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তি সানা হাক্তুক্তা মৈতৈ নিংথৌদি পাথংবগী সানা ঈ অশেংবা নত্তে হায়বা অকথ' বাফম অমা লাক্লখি। চন্দ্রকীর্ত্তি সানা পুক্লিংদা য়াম্না বাঙৌখি। বাফম অসি যুগ ৭ কী শাইওন থংবা মীশক, মতম অদুদা লাঙ্গোল লুখোই হায়রগা খংনবা পণ্ডিত অসি সানা কোপ্পুংদা কৌদুনা নিংথৌনা চংখি।

নিংথৌ :— ইপু; ঐনা নিংথৌ ওইবা মতম অসিদা ইপুনা কোম্মুং কারক্তবগী মরম করিগীনো ?

লুখোই :— লাইনিংথৌ, লাইনিংথৌনা পাম্বা যুগ অসি শা, লান লৈতে। লৈবাক মড়' ভপ্পা ঈংনা পাল্লি। ঐগী ইথৌ লৈতে খন্দুনা থৌগল কারক্তবনি।

নিংথৌ :— ইপু; লৈবাক্তা ইপুবু লাঙ্গোল লুখোইগী শাইওন্নি, যুগ কয়া থংবা, পুন্সিবনি হায় চুমত্রা ?

লুখোই :— হায়রৈহেদে নিংথেম, ননাইনা থংবা মথৈ সানা ম্লাথং ফ লবদি হংগৎচগনি।

নিংথৌ :— অদুদি পুরাণ মৈ থাখি হায়বা চুমব্রা ?

লুখোই :— পুরাণ মৈ থাখিদে নিংথেম। মৈ থাখিবদি মৈতৈ লৈবাকী মৈহৌরোন্দগী লৈরক্লব। মাংকত্রবা মমল্ য়াম্নবা লাইরিক লাইশু থোম্নগা মৈ থাখি।

নিংথৌ :— অদুদি হৌজিক পুরাণ অদু লৈরিব্রা ? মদু লৌরুব য়াগত্রা ?

লুখোই :— য়াই নিংথেম।

নিংথৌ :— কদাইদা লৈ ?

লুথই :— লৈমরোক্তা লৈ।

নিংথৌ :— অদুদি লৌরুচো ইপু।

নিংথৌ সানা য়াথং ফংলদুনা লুখোই পুরাণ লৌবা চৎখি। কংলাগী স্নথোং মপা য়ৌখিবদা লুখাইগী শক উবা ফংখিদ্রে।। খংহোদনা মিৎকুপ খরগী মমু।। পুরাণ পুবক্লে। লৈব কী অন্ডম অথোশিং য়েংলখি।

নিংথৌ :— ইপু অমুক্তা ফাকপিয়ু।

লুখোই :— ননাই ঐ ফাকপা ঙম্লোই।

নিংথৌ :— অদুদি কনানা ফাকপা য়াই ?

লুখোই :— :— লাইনিংথৌদি নবুথোগী সানা ঈ অশেংবনি, নবুথোগী মবম্নি, সানা পুক্নিং শেংনা ফাকপীয়ু য়াগনি।

নিংথৌ :— ইপু কাকপিয়ু লৈবাক্কী য়াথংনি ।

লুখোই :— মতম নত্তে, হৌজিক মসি কাকপা য়াবা মীশক লৈতে ।]
লাইনিংথৌদি য়াগনি ।

নিংথৌ :— অদুদি অমুক খমউবা য়াব্রা ?

লুখোই :— য়াগনি ।

নিংথৌ :| করিনা কুপ্পস্মী ।

লুখোই :— যনগী কোপমাইনা কুপ্পস্মী ।

নিংথৌ :— করে ইপু অমুক থস্বীরুরো, মদুগী দোষ লৈব্রোইকো ?

লুখোই :— লৈতে নিংথেম ।

নিংথেম :— ঐসি ইবুধোগী সনা ঈ অশেংবনিকো ?

লুখোই :— চিম য়া কেম্বা, লমকেৎ লমথাইবা নোক্পা য়াহেনি ।
নবুধোগী সানা ঈ অশেংবা নত্তনা কনাগুম্বা মীশক অমত্তা লৈতে লৈবাক্তা পানখিদ্রি । মদুগী খুদম ননাই হজৎচগে — মাংলমচত্তা নবুথো গরীবনীবাজনা চৎনবী রুহী কাইনা মজাইবুংত্তো শ্যামশ্যাইগী মহুৎ। সানাহল মোয়াম্বু নিংথৌ খুবম কংহনখি । বাকম অসিগী লৈবাক বাথোক ওইনি । মোয়াম। মশামক লাইথুং পানখি । মরম অসিনা কনাগুম্ব মীশক অমত্তা নবুধোগী ঈ অশেংবা নত্রবদি রাজগাদি কংব য়াদে । লাইনিংথৌগী সানা হকচাংদা করিগুম্বা খুদম অমত্তা লৈতে. অশেংবা নবুথোগী সানা ঈনি ।

---

লৈতাক্লোন

মৈদিংঙু চন্দ্রকীর্ত্তি তিলা দরবার তৌনবা বৃটিশনা কৌখি। প্রজা পুম্নমক হায়নিংঙাই লৈতনা থরাই রানখি। মৈদিংঙুনা লহাজদা স্না-খোং হেক থাংজিন্নদা তহাক লুপথরম্মী। মতৌ অদু বৃটিশনা ওকখি। মসিমক শ্রী মক্তি হায়বা খংনবা খুদম পীবনি। "মহারাজ ঈশ্বর" বৃটিশনা তশেংনা ল্যাইগী শক্তি লৈ খংলহনা পীরম্বা মিংথোন্নি।

য়ারী অসিদগী ঐথোয়না খংলে, পুর'প মৈ থাখিদে। নিংথৌগী য়াথং ফংলদ্রনা লৈমরোক্তা পুম্না অমুক থমখি।

মৈ থাখিবদি সন্ধি পত্রনি :—

মৈদিংঙু কোংয়াম্বগা সেন নিংথৌগা শোক্রুখিবা লানফম ১দি চিন নিংথৌগা থাগেম্বগা শোক্রুখিবা লানফম কয়াগী সন্ধি পত্রশিং কংলাদা ফুম্মী। মদু ফুক্রুনা লৈবাক অসিগী লৈশেম সুংশেমগী লাইরিক লাইশু, মমল য়াম্নবা ময়েক, লাইয়ামগী শাইওন তৌ-খিবা ক্রোনিকেল থোমদুনা মৈ থাখি। মদুবু মৈতৈনা পুরাণ মৈ থাবা কৌই। অশেংবদি ভারত, চিন লৈবাক অনিনা মৈতৈগী মথা পোথা, মাইথিখিবগী দলিল তুংলমচক্তা লৈহৌগদবা ফজদবা মিংচং অদুগা মরি লৈনবা চে-চাং অমদি লৈবাক অসি অমুক হম্না মাই হায়গৎপা য়াদনবা লাইগী শাইওন পত্রশিং মৈ থাবনি।

মণিপুর

মৈ থাখিবগী লৌরককম :—

মতম অদু লৈবাক অসিগী রাজনীতিগী মড়া চেৎলমদে। নিংথৌ গাদিগী য়ায়া থৎনখি। শঙলেন মরুশিংনা গরীবনীৱাজ-গী মরান কয়া গীখি। নিংথৌ খুবম য়াব য়াবা চয়াইরোংবগী থায়া অমা খুবম শিয়নবা অরোয়া থৌরাং তৌখি। শঙলেন মরুশিংনা গরীবনীৱাজবু পাথংবগী সানা ঈ নত্তে হায়না কয়া য়েৎখি। মদুগী মরম অমনা :—

চয়াইরোংবনা তকুখাদা নত্ত্রগা তশুক নিংথৌগী মথক্ত থাজনা গীনবগী লান্দাখি। লান্দা মাগী মচানুপা ফারকই। নুপীমচা অদু নিংথৌ পুক্লিং থোইদাখি। উচিৱাদা লৈবা পণ্ডিত অমদা শিয়খি। শঙলেন মরু থংলক্লগা নিংথৌদা হংখি। নিংথৌনা ইকাইবদগী নাই ওইহনগে পুরকপনি খুমখি। নিংথৌগী পুক্লিং থংবা পণ্ডিতনা মাগী মযোল্লি হায়। শঙলেন মরুগী অপাম্বা য়াণী হাপকে থল্লম্বা, নিংথৌনা নাইনি হায়বদগী নাইনা লৈবাক পুবা য়াদে হায়না থিংখি। পণ্ডিৎকী রাফম অদুদু শাইরুক তিমৈ লৌনবা য়াদে হায়না থিংখি।

অরাবদি চমুরা অসি গর্ভপতি ওইখ্রে। পণ্ডিতনা মযোম শক্লা য়োকখি। পণ্ডিত অসি রাংথৈ কোথরেথ ওইরম্বা য়াই। অঙাং নুপা অমা পোক্লে। পাল্লি য়েংবদা মপা হাৎলু হায়বা

লৈ হায়বদগী নিংথৌনা হাৎনবা থৌরাং তৌখি। অডাং অসি চাংদা লোৎহনখি, মখিং পামহৈবা থোক্লে।

মবুথৌ পাখংবনা মাংকদবা সানা ঈনি থংনবা অডাং অসিনা লৈবা মকম খুদিং শুরুং কাওরে। মতুংদা নিংথৌনা মচাগী মতৌক মগুণ খংলকুনা সানা কোম্নুংদা পুশিল্লে। নিংথৌ গাদি পীগে নিংলে, শওলেন মকগী রাশক কাইরে। মরম অসিদগী শওলেন মরুগা নিংথৌগা অনিগী মরক্তা খুবমগী রাথোক থোকখি। নিংথৌনা লানগী জেনেরেল পুন্নমক কাক্লিন্নুবা থমখি।

মপান্দগী লাকপা রাজনীতি কুতনীতিগী অরোম্বা থৌরাং মপুংফানবা নিংথৌদা তোংজুনা নশওলে মরুনা পায়বা অরুবা লাইরিক-লাইশু নিংথৌদা থেং মজিনহনখি। শওলেন মরুনা মাইকৈ অমরোমদা মাংকত্রব দলিনগী অরোম্বা লৈফম ময়াং পণ্ডীৎতা লোইনা তাক্লে। ভারত, চিনগী কুতনীতিগী লম্বোই-বশিংনা মরি লৈনবা সন্ধি পত্র পুন্নমক মৈ থাখি। মতুংদা খংলকুনা ময়াং লম্বোইবা শান্তিদাস খুজাইলোক্তা হাৎখি।

গরীবনীরাজ মনীং তৌবা নিংথৌনি :—

থাংদা লৌবা লম পুন্নমক থাংদা তুম্ন চৎখি :—

মৈতৈ লৈবাক্তা গরীবনীরাজমুক চাউব' নিংথৌ অমা পাম-

খিত্রি। মহাক্না মপা মপুনা থনর্বা অম্বুক চাওথ্রবা লৈবাকশিং কায়বদি ব্রহ্মপুত্রনা কোয়া নিংথৌ পাম্বা লৈবাকশিং —লোংপোক্তা থাগী, থাদা অস্তা, শ্যাম কাওবা রায়েল্লথী। অম্বুক চাউথ্রবা মৈতৈগী রাজ্য অসি শঙলেন মরু, মপান্দগী লাকপা মীতোপকী ইথিন্না লৈবাক কাং-খোং চাইদুনা মাংখি। মপানগী মীতোপ-শিংনা মখোয়গী হৌরকফম দেশকী ঈ-পাও চৎনদুনা মতম অমগুদা লান হৌরকপদগী মদু ঙাকথোক্লবা মৈতৈ নিংথৌগী উপাই লৈখিদে। অহন লমনগী পাউরৌ থাংনা লৌবা লম পুন্নমক থাংদা তুম্না মাংখি।

গম্ভীরসিংহরাজ মনীং তৌবা নিংথৌ অমগী শুন চেন্নি। মহাক্না প্রজাগীদমক তৌরম্বা মাংকত্রবা থবকশিং পোৎওইনা হৌজিক ফাওবা প্রজাপা উবা ফংলি। মাগী পুন্সি অঙকপা থৌমোক্লা থলি, অরোইবা পুন্সিসু মীওগী পী তাখিবা থংহৌদে।

<u>মৈতৈ জাতি :—</u>

লাইয়াম্না নমু তাইবং মী শেমগে হায়দুনা হোম তৌই। হোম তৌবদগী মৈগুংদগী তাইবং শেম্বা মপুনা পেম্বীরদুনা তাইবং মী পুথোকখি। মী অতৈগা হৌফম শাংফম মায়দে মী অতৈদগী তৈরে হায়দুনা মৈগুংদগী হায়বা রাহৈ অসিদগী মকোক থংবা রাহৈ মৈ অসি লৌই। অদুগা মী অতৈদগী তৈরে হায়বা রাহৈদগী

তৈ অসিগা পুন্নগা মৈতৈ কৌবা জাতি অসি ওইখি। মতু'দা অমুম অমুম তৈরক্লুনা মী তৈ হায়না খংনরক্লে। মীতৈ জাতিবু ব্রত্য হায়রগমু খংনৈ। ব্রত্য শাগৈবু অমুক হন্না শেং-দোক্লবা অতোপ্পা হীরম অমমুক লৈত্রে। অমুম্না মনু-সংহিতা-নচিংবা লাইরিক লাইশুনা শন্দোক্লা তাকই।

মৈতৈ হায়রগা চীং তমদা লৈবা মলাইরেম্দা য়াওবা মী খুদিংমক খংনৈ। মখোয় লাইগী অশেংবা কুদোম্নি। মখোয়গী লৈফম্বু মম অহান্বা তাবা য়ুম্ফাল হায়না কৌই।

## ডাক্টর স্থনিতিকুমারনা হায় :—

মৈতৈগী জগোয় ঈশৈ উরগা ঐখোয়না জাতি অসি নোনা শক খংবশুম তৌই। জাতি অসিদি য়াম্না লিরবা জাতিনি। মতম অমদা মখোয়বু কিরাট হায়রগা খংনরম্মী। মখোয়না হৈবা বিদ্যাদি অঙকপগী মশাক্লি। মখোয়না মীওইবগী সভ্যতা পাক শন্না শন্দোক্লম্মী। মতম কুইখিবদগী হৌজিক মখোয়বু মুম্না খংবা মী লৈত্রে। টিবেতানশিং অসি মৈতৈগা য়াম্না নকুবা মরি লৈ। মখোয় অসি করম্বনা পু অহম্না হায়বা অদুদি খংবা ওমদে। মখোয়গী লিচৎ শাজৎ মীওই মীতৌম্ব চাংদম্নদুনা য়েংলবদি মখোয় অসি জাতি অমত্তুদগী থাইখিবনি।

## ৰাজৰ্ষি ভাগ্যচন্দ্ৰ :—

মৈদিংঙু ভাগ্যচন্দ্ৰ বাঙ্গালি ৱাল্লা নৈ। শ্ৰীযুৎনা থংনবা দেশ বঙ্গদেশতা মৈতৈগী সভ্যতা শন্দোকপা মতমদা বঙ্গালি লোন্দা শক শোনখি। মৱম অসিদগী হৌজিক কাওবা লৈবাক অসিগী কীৰ্ত্তনগী অভিনয় অয়াম্বা বঙ্গালি লোয়া শিজিন্নৰিবা অসিনি। শ্ৰীযুৎনা পায়া চৎলম্বা ধৰ্ম্ম অমদি মসিগা মৰি লৈনবা বিদ্যা শন্দোকপা হৌজিকসু লেপ্তনা অতুম চৎলি। শ্ৰীযুৎনা তৌৰম্বা ধৰ্ম্ম কৰ্ম্ম, পূন্নমক্না চাংদম্নিংঙাই লৈতনা ফজবা অসিদা ভাৰতকী মুণি ঋষিশিংনা পীখিবা মিংথোম্নি।

ঙসি কাওবদা শ্ৰীযুৎকী কৃষ্ণ বৃত্তিগী ভাবনা অদু ধৰ্ম্ম চৎপা গুৰুশিংনা অগোই ঈশৈগী থোংদা পৃথিবী শীন্না থুংনা গুৰুশিংনা নিংথিনা তম্নীৰবা অথোইবা মীশক্না প্ৰচাৰ তৌৰি। ৺মাইস্নাম গুৰু অমুবী, ৺কাওবম গুৰু অতোম্বা মমিং পনবদা মতীকচাৰবা গুৰু কয়াগী সেবকশিংনা ভাৰত্তা, পৃথিবীদা মনিপুৰগী শক তোপ তোপ্পা মহৌশাগী লৈজৰক্ৰবা কলচৰ কয়ানা তাক্লি। হৌজিক হৌজিকমকসু ভাৰত্তা অমদি মনিপুৰদা শ্ৰীযুৎকী মশুইবুংতোশিংনা অতৎ অথম লৈতনা ভাগ্যচন্দ্ৰগী পাম্জৰম্বা চৎলম্বা ধৰ্ম্মগা মৰী লৈননা ভাব কয়া শন্দোকই।

---

লৈঙাক্লোন

মনিপুর হায়বগ চৌং তম অনিমক থংনৈ। চৌংগী খে
দোকপা জগোই ঈশৈশু শিংথানিডাই ওইব পুক্নি' হুবা অমনি
পুয়মক অসিনা ড্ৰুন মনিপুরগী শক শেংনা পৃথিবীদা ডাকই

*The End*



## অইবগী ফোংখ্রবশিং —

1. Nagarik adhikar tattwa.
2. Indian administration.
3. The two gentlemen of Verona.
4. Taigi Ningthouren. (*Drama*)
5. Bapuji.